# কবোক তুইখরবী কবোকলৈ

প্রমোদিনী

ফোংদোকচবী— থাইদেম প্রমোদিনী
ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল

অহানবা নম্বা - ১৯৯০



কোপী মশীং— ৫০০

নমথম— সঙ্গিতা প্রিনটিং রাক্স
খুরাথোং পোলেম লৈকাই, ইম্ফাল

মমল— লুপা তরামঙা

# ৱাহৈ অনী মরিদং

কুনস্থুবা চহী-চা লোইরমদাইগী সমাজ অসিদা পামদবা মুংঙাইত্তবা অমদি হৈনদবা থৌদোক অমদি ৱাথোক্কনা মহুম-মকোন শারবনি। যুগ অসিগী য়ায়রোংনি, শবিরাইনি, সেগ্রাক পেত্তিনি ঈরোয়ংনা খোইমহুমনি। মীগী ময়ল হৃম্বরক্লবা অহুগা পুন্সিনা পুন্সিবু শীগংনবা পোৎলুম অমা ওইনা লৌরক্লবা মতাংনি। মতমগী অনৌবা সাহিত্যগী মচঙ্গশিংনা উরকপা শক্তমগী ৱানি।

নীংবা কায়না নীংহন্নবা তারবরা? চাউরবা ৱাহংনি। ৱাহং অসিগী পাউখুম থিরি অইবী প্রমোদিনীনা। শুমোককুম খোয়থ ম্নরবী কবোক ওইখ্রবী কবোকলৈনা পাউখুম অমা পীরি। পাউখুম অমম্ব থিরি অহুগা অমগস্থ ঙাইরি।

লীলা অসিনা উবদা—

সমাজ অসিগী চিদাই অমদা নত্রগা অমদা মীয়মচংকী করিগুম্বা শকখণ্ডত্রবা কাচিন অমদা নত্রগা অমদা মীওইবা হিংলি। তমজনফমগী ওইবা লীচং পুংমুংমক মুৎখিত্রি। মশাগী অমাও অতোওগী ৱাখল ওয়ওয়নরগা, অমুক শেন্দোয়গা লোয়ননা শিং-লকসন্থ হায়বগী অপাম্বা-অনীংবা থাদোক্লগা পুন্নমক অসি অমত্তনি অমদি ঐ ইশাগীনি হায়বা ৱাখল অমগা লোয়ননা অতোপপগী সেবা তৌবদা হালেংবা লৈত্রবা ওন্থোকপা মীওই খরস্থ যুগ অসিদা হিংলি। হুগী উমংদা অমৃত পাম্বীস্থ শোয়দনা হোরি। হুগী পুখ্রী মপান্দা শাৎপী কবোকলৈনি 'কবোক ওইখ্রবী কবোকলৈ'— অইবী প্রমোদিনীগী।

হন্না য়েংবদা কনাস্নু লৈত্রবী পীদৎ—পাদৎলবী অনৌবা মতমগী মহৈ-মশিংগী মঙাল মতিক চানা। ফংত্রবী তোররীংজবী মুপীমচা কবোকলৈনা মশাগী ওইজবা কয়া কয়া নত্তনা পুন্নমক থাদোক্লগা লৌশিং চাউরে মহৈ-মশিং হৈরে অমদি সমাজ অসিদা অচৌবা ফম পায়হ্নুনা মশক নাইবা মী ওইরে হায়না লৌনরবা মীওই কয়া কল্লি ঙাক্লি-শেল্লি অমদি তমজনফমগী লম্বেল অপাননা নত্রগম্নু নাকোয়ননা তাক্লি, উৎলি অমদি পীরি। রানা হৌরক-খিবী কবোকলৈ রানা হিংখি অরোইবদা রানা শিখি। রাবা—ঐখোয়না খনবা রানি। রাবা—কবোকলৈগীদমক্তদি মরুপনি চঙজফমনি অমদি পুন্সিনি। মশাগী অরাববু অতোপপগী নুংঙাই য়াইফনবা হীরমদা শীশিন্নখি —মশানা খঙখিবদি নত্তে, খঙফমস্নু থোক্তে অহুগা খঙখিদবস্নু ফৈ।

মঙালগী মঙান্দি মমখুগতা খঙলকই। কবোকলৈগী লৈনম থাপপ্রগতা খঙলকই কবোকলৈ কবোক ওইপ্রগতা খঙলকই। লীলা অসিদা কবোকলৈ লৈখিদরে। অদুবু কবোকলৈ পুন্নমক্কী খম্মোয়দা অয়েংবা, অপাবা অমদি অতাবগী থম্মোইদা শাৎলরি।

অচম্বা অমদি চৎনবী থুৎইদা ইবা লীলানি। লৌশিল্লিবা হীরম অমদি উৎলিবা থৌদোক পরীংগা চান্নবা থুৎইনি। পুথোকপা য়ারবা লীলানি।

এলাংবম দীনমনি
মনিপুরী ডিপার্টমেন্ট
মনিপুর য়ুনিবর্সিটী

কাঞ্চীপুর
সেপটেম্বর ১০, ১৯৯০

# কবোক ওইখরবী কবোকলৈ

( ১ )

( মন্ত্রীগী বাঙ্গালা। কনফিদেনসিয়েল রুম। মন্ত্রী চৌকিদা ফমডুনা লৈ। করিনো অমা য়াম্না কন্না পারি। পিয়োন বালু চঙকই। মখুৎ লোন্নডুনা লেপ্লি )।

বালু— স্যার।

মন্ত্রী— কৈনো?

বালু— স্যার, মী ১ লাকই। অমুক্তা চঙজরকে হায়রিবা স্যার।

মন্ত্রী— মমিং করি কৌই হায়?

বালু— মনাই ঐহাক মমিংদি হংজরক্রে স্যার।

মন্ত্রী— বালু! নঙবু ফনস্থ কুইরে ঐগা লৈমিন্নরিবা। চহি মঙা হায়রক্রে। মী লাক্লগা চঙকে হায় হেক্তা মহায়রৈ। মমিং হংঙকউ। ( বালু থোকখিবা। মমিং মথাস্থ খঙলক্তা) শোলহৌবা।

বালু— সোমগী মিংদি?

লুৱাং— ঐগী মিংবুরাও ?

বালু— অহোয় ।

লুৱাং— লুৱাং কৌই, সাহেবগী ৱাকরনি মন্ত্রীগা উন্নদবা, য়াদবা থবক অমা লৈরে অহুগীনি হায়য়ু। হেক্তা খঙগনি।

বালু— স্যার লুৱাং কৌই। স্যারগী ৱার্করনি অথুবা থবক ১গী স্যারগা উন্নদবা য়াদে হায়হুনা জুরিদা লেপ্তুনা লৈহৌই।

মন্ত্রী— লুৱাং ওইৱবদি কৌশিল্লকউদনা।

( লুৱাং চঙলকপা )

লুৱাং— নমস্তে স্যার।

মন্ত্রী— নমস্তে। লুৱাং করি অথুবা লৈরবগেনে ? ইলেকসনগীরাও ?

লুৱাং— ইলেকসনগীবুদি স্যারনা কাবা শোইগ্রবনি। ঐনা লাক-চরিবসি ইলেকসনগীদি নচ্চদে ।

মন্ত্রী— অহুদি করিগীনিনা ?

লুৱাং— এনিম্যেল হাজবেন্দরী ডির্পাটমেন্টা ফম অমা হাংলে। পার্মেনটনি হায়না তাজে : ঐখোয়গী ৱার্কির, কান্নখ্রবা মখোঙ য়াম্না য়াঙবা নিপামচা ১ লৈ। মরমসু ওম্বোল্লা ওকখ্রবা হন্দকী মতাং অসিদা মাদা ইনশিলহৌরবদি ঐ-খোয়দা য়াম্না কান্নগনি হায়জবনি। মমা মপাসু ওম্না শিগ্রে। মাগী হায়ববু ঐ মঙাইরে। মপানা লৌ শঙম ১ থনম্মী হায়। মহু য়োম্বোল্লগা খ্বাইনা তৌনবহুদগী ১ তাদনা কচ্চগনি হায়। মসিমতঙ স্যারনা কৃপা তৌবিয়ু। মাবু পর্মেনেন্ট পোস্ত ১দা হাপচিনবিরবদি মহয়মক ওইরগনি। মসিখক্তনি

স্থারদা ঐনা হঙ্গৎচনীংবা। য়ারগদি ইলেক্সন নংনবা ১মু ১মু কান্নগনি স্যার।

মন্ত্রী— নঙগীসিবু মহৈ মশিংকদি কয়াম হৈবা জাৎনোনে?

লুব্রাং— ননাইহ্থু বী, এস সি, বোটনি য়াম ফানা পাস তৌরকই হায়নৈ।

মন্ত্রী— মমিংদি করি কৌই?

লুব্রাং— তোংলৈ মৈতৈ।

মন্ত্রী— হায় মমিংসিদি লিনগী মমিংনিনা। 'মন্ত্রী ছয়রীদা ইশিনবা' দাইরেক্তরহ্থবু ঙাংনথিগ্রবা মীনিদা। ফরে ফরে হোৎনহ্থনা য়েংবা হায়বহ্থনি। য়ৌরোনে অহ্থদি।

লুব্রাং— স্যার মসিমতদি শোয়হনবিগনুকো। য়ৌজরে স্যার নমস্তে।

মন্ত্রী— নমস্তে। ( লুব্রাং থোকখিবা বালু চঙলকপা।

বালু— স্যার হন্দকমুক্তি মমিং মথা হংজরক্কে খুমন হায়বা মুপা ১ অমুক্তা চঙজরক্কে হায়রিয়ে।

মন্ত্রী— তাদ খুমন ওইরবদি হেক্তা চঙহল্লকপা য়াত্রাও? বালু নঙসে ওস্থোক্না পঙথ্রেদকো।

বালু— ( বালু মথন্তা মরুম মরুম শোন্দুনা। চংহল্লে কৈদৌনা চঙহল্লকইনো পঙথ্রে হায়বা। চঙহল্লে কৈদৌনা চঙহল্লক্তি-বনো পঙথ্রে মহায়বা। বালু অপঙ তারেনে। মানা মন্ত্রী অশিং হায়হ্থ ওইরে। তাদ খুমন লেঙশিল্লো য়ারনি।

( খুমন চঙলকপা )

খুমন— নমস্তে ইবুংঙো।

মন্ত্ৰী— করিগীনো তাদা ?

খুমন— ইবুংঙোগী লেটর হেদ, ডিও ফৰ্ম মহুবু টেবল মথকস্থাইদা তা লাক্ৰা ? অমথক্তা পাম্মীদা।

মন্ত্ৰী— করিগীনোনে তাদ ?

খুমন— ইবুংঙো সোসিয়েল ৱেলফিয়ার দিৰ্পাৰ্টমেন্টতা গ্ৰেড ফোরগী ফম খর হাপকদৌরিমাল্লে। মহুগী ইন্টরভিয়ুগী মুমিৎনচিংবা লেপ্তুনা লোইখ্রে। ঐগী ইশুমুপা অতোম্বহু ইন্টরভিয়ু য়াওহনগে। কার্ডনচিংবা থাহ্নুনা লোইখ্রে। উচিন নাচিন্না ননাই তাদনা হোৎনজবদগী কার্ডনচিংবদি ফংজরে। ইবুংঙোনা ডি-ও লেটর ১ তংদি ইবিয়ু খরা য়েংহুনা তৌবিনবা। মহুমতং ইবিরবদি ননাই তাদনা থোকপা তৌজরুরগে।

মন্ত্ৰী— মমিং করি কৌই, মাগী সিরিয়েল নম্বরগা কয়ানো ? মহু খঙঅরবদি ইবা য়ারোইনে তাদ।

খুমন— মহুগীদি সিদা লৈজরে। ( ফুরিৎখাওদগী চে মচেৎ ১/২ লৌথোক্লগা উৎলি। মন্ত্ৰীনা মহু য়েংই। অহুগা ই।

মন্ত্ৰী— মমিংকাদি অফ'ওবনি। চোথে হাওবম সি নত্ৰাও ?

খুমন— মানি মানি চোথে হাওবম। সেরিয়েল নম্বরনা ১০৪।

মন্ত্ৰী— ইবা লোইহুনা পী। সে সে ইরবনি।

খুমন— মসিমবু পায়রবদি ননাই তাদনা থোকপা তৌজরুরগে। চৎচরগে। ( খুমন নমস্তে তৌরম্লগা থোকখিবা। বালু মথক্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চঙলকপা মন্ত্ৰীগী কাদা )।

বাজু — কমাই হিয়াংথাং ৱরসি মঙাই। খোঙতেক মিংক্তাং থাক্লে। চাৱি তৱককী মী শুনা লাকপনিনে। লম্বোইবা ফাও য়াওনা ( খর হৌনা ; ম্যার লম্বোইবা ১ খক লাকই। মফিং হংবদা ইবুধৌ কৌই হায় অমুক্তা চঙজরক্কে য়াগদ্রা হায়না হংঙি ব্যাবহাংকা য়াম ফজে।

মন্ত্রী— হাঃ ইবুধৌ লেংঙকই হায়বা। চঙহল্লকউ চঙহল্লকউ ঐনা ঐগী ইপোকহুমিত্তা লাই অমুক্তা থুরুম্বীয় লেঙবিরক্লাবা য়াদে হায়খিবনি। মতুগী লেঙকপা ওইরগ্নি।

( ইবুধৌ চঙলকপা কাগী খোঙ কোনশিনবা।)

ইবুধৌ—নঙ উনবা লাকপসি পাক চঙবা য়াদেনেহে ইবুংঙো ভুপামচা ১মদি ঐবু ভীক্ষা নিবা লাকপা ওইরবোই নীংমান্নে ভীক্ষা হাপকে তৌইনে।

মন্ত্রী— ননাই ঐহাক ভক্তি কৎচরি। ( থুরুম্বা। হৌজিক কাল অসিনদি মতম কয়া ফত্তবসিদা সনত্রীশিংনা খঙদহুনা খর থিংঙমখি ( য়ারোবীবা য়াদে।)

ইবুধৌ—মখোয়দি মথৌনিনা মতৌজরিবনি য়ারোদে য়ারোদে। ইবুংঙো নহাক্ষী য়াহবু ?

মন্ত্রী— নহাক্ষী হায়বদি ?

ইবুধৌ—কম হাপ্পগী য়াকহহবু ?

মন্ত্রী— এ এ অতুগী ওইরে ইবুধৌনা লেংঙকইথসে।

ইবুধৌ —মতুগী নত্তবদি করিগী ওইনি। ঐদি ঙসিমক পুরক্লবনিনে। মসি পীশিল্লমত্রবদি শোয়গদ্রা হায়হুনা।

মন্ত্রী— ঐদি ইবুধৌনা হায়বা ১তা ঙসি ফাওবা শোয়জন্ত্রিবনিদো।

ইবুধৌ—শোয়বুদি শোয়দেনে। অহুদা ইবুংঙো থুং চনশিনবা হায়বসিনা থরা মকল্লিদো। হৌজিক ৪০ পুংক্লে অদুগা ১০ দি কোল্লা হাপকে হায় য়াগত্রা। শঙদে ১মু ১মু ইবুংঙোনা ফনবা। শোয়বিবদি য়াদেকো। (ইবুধৌনা শেল পীশিনবা মন্ত্রীনা শেল লৌশিনবা।

মন্ত্রী— ফরে লক্ষমী লৎনহৈদে হায়বানিনা লৌশিনবা তারে।

ইবুধৌ—অদুদি ঐ য়োথুগে কুইনা লৈরবসু মীগী মমাঙদা ফজদে। শোয়ত্নবিগনুকো ইবুংঙো। মন্ত্রীনা ইবুধৌদা থুরুম্মি। ইবুধৌ থোকখি ঙহাক লৈরগা মুমিৎলৈগা চঙলকই।)

মুমিৎলৈমা— সনাখ্যা অফিস লেঙবা থেঙত্রিবরা? লাকসু লাকখে করিনো? থরনা ঐনসু থাদোকচথ্রবনি থবক অচিনবা লৈ হায়ত্নুনা।

মন্ত্রী— নঙনা চংঙকপবু অফিস কাবা থেংখে পুং ১০ তাখরে চাক চাথোক্লবা তৌরো সিনিনে। লাকলগে লাকলগে।

লৈমা— মদুসু মদুনি মীগী মচা অমা, লৈশাবীসু ওইরিবা অদুবু ডিপাটমেন্টকী লীলা থোকনি ডিঃ না ফাষ্ট তাদবা য়াদে হায়না ডাইরেক্তর মশা লাক্লুনা সনাখ্যাগী সহী লৌরগা কেজুয়েলদা লৈশাবী ১ হাপখিবদো মহাকপু পার্মেন্ট তাহনবীয়ু। হৌজিক্তি পোষ্ট হাঙলবনিনা।

মন্ত্রী— পোষ্ট হাঙলে হায়বদি কনানা হায়রিবা?

লৈমা— য়ানোম্বা লাকপদগী থংঙিবা।

মন্ত্রী— ( খরা তপথনা। অতুদা লৈমা, রিজাব জেনেরেল হায়বা কয়ামুক লৈরিদো রিজাব কোতাদা মৈতৈ হেক্তা হাপ-চনবা য়াবা নত্তে। মতু মুন্না য়েংখিবা হায়বতুনি। নঙনা হায়বা য়ামনা চূম্মি। ঐ য়েংগে।

লৈমা— ১মা খণ্ডদে ১মা খণ্ডদে মুপীমচা অতু পার্মেনন্টে তাহন্দবা মুপয়া য়াদে হায়জরিবসিনি। মীগী মচা লৈশাবী ১বু ফম হাপিগনি হায়তুনা লীলা য়াওহল্লে। কেজুয়েলদা চহি ৩/৪ লৈজরেদনা থবক অহাঙবা ভাইবা ওইনা থবক হাংলে ফম লৈরে। অতুগবু হৌজিক শেল চাতুনা মী অতোপ্পা হাপ্লবদি মীনা করি হায়ননি মীনম্মু য়ারোই-দবা লাইনস্মু য়ারোইদবা থবকপু তৌবা হৌনদেদা। মীনা থীনা ভাংনখিগনি। খণ্ডদে খণ্ডদে মুপীমচাতু হাপ-ত্রবা য়াদে হায়রিবসিনি।

মন্ত্রী— হেরা অতুবু রা ওইনা হেক তৌশিল্লে। ঐ মন্ত্রীনে মন্ত্রী।

( ২ )

( মন্ত্রীগী য়ুম। ইন্দু ফিয়োলবী ফি ময়োম অমা পুতুনা চংঙকপা।)

ইন্দু— ইচেমসি। হো ইচেমসি। ইমুংসিবু কনামতা লৈতবরা কৈনো ?

মুমিৎলৈমা— লৈয়ে লৈয়ে থোরকলে থোরকলে ইন্দু নত্রাও ?

ইন্দূ— মানে মানে। মোংমতা চৎথোরক্কে থনবা কুইরবমি। লৈতা লায়রগী কোইচেন কৌইচেন চেন্দূনা লৈরবা ঙসাই মথৈ স্নাথা লৈংথোকখিব: ঙাইহ্নুনা লৈথোক্লুব। ।

লৈমা— করিগী ঙাইহিবা ?

ইন্দু— ইকায়জবা ॥

লৈমা— ইকায়রুন্নু ইকায়রুন্নু করিগী ইকায়দৌরিবা। ঙসি নুমিৎ অনিরোমদি হল্লকওইদোরিবনি। অ! জ্রিরিদা তুর চৎকনি। কাছারস্নু য়োরকনি হায়। লোনগী আন্দোলোন য়াম কনশিল্লকমাল্লে বিষ্ণুপ্রিয়ানা মরোল অমা এমস্নুনা মরোল অমা। থঙজ্রে। তৌরসে। লৈবাকসি ঈরাংদি থরা কংগদৌরিমাল্লে।

ইন্দু— হোইনে ইচেমসি।

লৈমা— ঐস্নু নঙ উননিংহুনা লৈবা কুইরবনি।

ইন্দু— করিগীনোনে ইচেমসিনা ঐ উননীংলিবো ? ফিগীরাঙ ?

লৈমা— নত্তেদা।

ইন্দূ— অত্তুদি করিগীনো ?

লৈমা— ঐস্নু অহল ওইরক্লুবনিনা থরা রারেনে ইন্দূ। এগীদা লৈরম্বী নুসীমচাদো মপা নাই হায়হুনা চৎখ্রে। ইমুং মনুং ফিরোল লোইশিন থমজিনবিনবা মতা চাবা নুপী অমতা থিথিরকউ অত্তুগীনিদা।

ইন্দূ— লৈদি লৈনে। অত্তুদা।

লৈমা— অত্তুদা কৈদৌরবা ?

ইন্দু— মীথোং কয়া চাদেন্নে ! ব্যবহারক্কা সুপয়াও য়াওদবা। পু-পাং সুনগা য়োকপা মচাগা নত্রে। মাগীনি হায়তুনা হন্না য়েংবদা মমিদগী হেন্না উদ্রবা জাৎনিদা ইচেমসি। ঐগীদি লৈয়ে। ঐনদি য়াম মুংশিজবা ঈচেমসিনা য়াম্না থুনা হায়রদি মা মঙাইরে ঐনা পীবা গুম্বা !

লৈমা— অমা খঙদে অমা খঙদে ইন্দু ঐগীদি হায়রিবসিনি খরা থুনা পাম্মে ।

ইন্দু - অতুদি হয়েংলা হংচিৎলা নোংমা হেক্তা থারক্লগে।

লৈমা— ফরে ফরে রারক রাতেমতুনা হোৎনবা হায়বতুনি। করমদি তৌনিদো। মুকলৈতববুদি মীরোল থুংত্রবসু অমা লৈবনা ফৈনে হা ইন্দু। মুপামচাবুদি পীক থন্না লৈনে। মখোয়দা মমাগুম্বনি হায়তুনসু করম্না ফনেক ফি-রোল শু-চাম্মু হায়গদগেদো। অতুদা মুপীমচা অমা থম্মীংবগী রানীদা। মঙনা পুরক্লিবা ময়োমতুনা করি করি ফি য়াওরিবা ?

ইন্দু— ইচেমসি নহাগী ঙাক্তনিদা।

লৈমা— অতুবু ময়েংসিদনা ?

ইন্দু - ( ফিয়োম থোকই। তিংথাক্তুনা ) সে ইচেমসি সি য়েংঙো হায়বা সিবু মমল লিশিং ১৫০০ লৌনি হায়রিনে মপুনা।

লৈমা— ( হায়নি হায়নি ইবেম্মা মতমননি। ফিসু ফনা ফজেনে। ফিগেদি য়াওব্রা ?

ইন্দু— য়াওরি য়াওরি। পুথোকচরক্কে। ( পুথোকরকপা )।

লৈমা - ঐদি সিতুম পাম্মীনে। হয়েং ইমৌ মুপী লাক্লগা শেৎনবা।

ইন্দু— মুগা অশেংবনি। খুরুখুলগী। লৌবীহৌবা য়াই। মমলস্তু লুপা ২০০০ তনি।

( ৩ )

( মন্ত্রীগী য়ুম। মনীংলোমদা লৈবা মাঙ্গোলদা হিদাকফু থম্বালশাবা অমা পায় ফক অরোনবা অমদা ফম্না সুমিৎ-লৈমা লৈ। কবোকলৈ চঙলকই কোইয়েং য়েংই।

কবোকলৈ—সিবু ইমাসি সুমিৎলৈমগী ময়ুম নত্রাও?

সুমিৎলৈমা—ইবেম্মা নঙবু কনানো?

কবো— ঐবু খঙদ্রাও? ঐ কবোকলৈনিদনা।

লৈমা— সনত্রীনকা নঙোন্দা করিমতা হায়রক্রাও?

কবো— করি হায়রকউনেগে? ঐনা তপ তামখৈ হিন্দি লোন-শিনবিরম্মবনি। মখোয় মকোক ভাওত্নুনা লৈহৌরবনি।

লৈমা— ভাইখো নঙবু ভিক্ষা নিবা লাকপরা? নত্রে হায়রগা করি হায়গে লাকপানো হা?

কাবা— ঐবু ভীক্ষা নিবী মানব্রনে?

লৈমা— মান্দে। স্নুম হংবনিদা।

কবো— ইনে ইন্দুনা সিদা চৎলুচো হায় লাক্লিনিনে। মানা ইমাসিহোয়গী য়ুম তাক্লকএ।

লৈমা— নঙনা ইমাসি সুমিৎলৈমা হায়রিদো ঐনিনে ঐ। নঙবু ননে ইন্দুনা থারকপনে হায়বা। অং অং নীংশিংলক্লে। ঐনা মঙোন্দা সুপী অমতা থিবিরকউ হায়খিবনি। ঐদি কাউথোকলুরেদনা।

কবো— হায়খিবা রাবু কৈদো কাউরিবা ? সিদবু করি থবক লৈগে ?

লৈমা— লৈ লৈ লৈতনবু লৈ হায়গদ্রাও? লা লা সিদা ফম্মোলাও। ফম্লগা নে-না ভানা ইমা ইচা রারী খরা শাশি। থবক্রুস্ত করিনো হায়বদো ঐ হায়গে। ( কবোকলৈনা মন্ত্রীগী চৌকি অহুদা ফমগে তৌবা ) হায় হায় মহুগী চৌকি অহুদি নঙনা ফম্বা য়াবা চৌকি নত্তেকো। লাউনে কক থারিসিদা ফম্মো লাউনে।

কবো— নহোয় চৌকী থারিসিদি মী ফম্নবরা হায়ববু নত্তবোরে।

লৈমা— চৌকিবুদি মী ফম্নবনে। অহুদা অতৈদি ফম্বা য়াদবা।

কবো— করিগী ?

লৈমা— করিগী হায়ববু নঙ পাবুং অজ্ঞাগীনে। মাদি ফম্বা য়াই। মা নত্তবা অতৈদি য়াদে।

কবো— ও : ঐদি খঙদবা। মপু পানবা চৌকি ওইরে। মন্ত্রীবু বামোল্লাও ?

লৈমা— বামন নত্তে নিংথেমচানি। নিংথৌ মহুৎ মন্ত্রীনা শিল্লেদনা হৌজিক্তি নিংথেমচাগা ওইশিল্লে মন্ত্রীগা ওইরে মশানা অজ্ঞা হায়বা তাবনে !

কবো— অহুম হায়নরে ঐস্মু হায়রগা লোইরেদনা।

লৈমা— নঙবু চহী কয়াদি শুরে। নয়ুমকা পাল্লবরা ইবেম্মা ?

কবো— পান্দে চহীদি ২৫ রা ৩০ রা খঙদেদা ৩৫ রা শুরম্মদরা ? ঐগী শক্তাসি য়েংবদা কয়ামুক্তি শুরমদবা মাল্লি। অমানবহু

হেক ওইহল্লো ? কুঠী লৈরবদি অশেংবা খণ্ডগদবা। ঐগী কুঠী মাঙখ্রে ঈশিং চাউবদা তাউথোকখ্রে। অনৌবা অমা ইহনসি হায় ইমানা। ঐনা য়াদহুনা ইহল্রে।

লৈমা— করিগী য়াদ্রিবা ?

কবো— কৈকাননি। কুঠী লৈরবদি য়েংঙু নি। য়েংঙু রগা লাইদা পোংচৈ কংলু হায়নি শেপদি লৈতনা। অহুদা কুঠী লৈতবনা করে হায়রুনা ইহনদবনিদা।

লৈমা— নঙগী অহল-লমনবু শুনা লৈরিবরানে ?

কবো— কদায় লৈরুনি হায়গে। মশকা ১তা খণ্ডহৌদেদা। মথাই থাইনা শিগ্রহুবো। ইমা ইপানফাও মশক খণ্ডহৌদে হায়।

লৈমা— ঐনা হংবদিনে কবোকলৈ নঙবু পোকপা ইমা পাজি শুনা লৈরিব্রা হায়বনে ?

কবো— হো ঙসাইনা চুম্না নমা নপা শুনা লৈরিএ্রা হায়না হংলবদি খগদবা। অহল লমন হায়হুদা অবোকা ইপুবোকা ওই-রবোই থল্লুরেদনা। পাবুংদি শিখ্রে কুইরে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইমাসু ময়ুম নাইথোকখ্রে। অা লরাইদা।

লৈমা— নঙবু হৌজিকপু কনাগা লৈরিবগে ?

কবো— ইনে ইন্দূগা লৈ। খণ্ডদেদা ইমাসি ঐহাক জগোয় পার্টি ১দা য়াওরম্মে। আসামগী চা বাগানকা শুনা চৎলুরপোৎনিদা চহী ৫/৬ ঐনা পার্টিহুদা য়াওরম্বসে। হৌজিক্তি তোকখোক্লে।

লৈমা— করিগী তোক্লিবা ?

কবো— জগোয় শাবা চৎলিঔত্নদদি হায়বা ইমাসি মুংদাং অমম্মদা তুরং উপু য়াইমরপ চাউবা ১ পীক পীক থম্না শেলদো তায়য়ে। অত্নদা লিদর্ মহাজোন অত্ননা চাবমখৈদি থাক্লগা ঐখোয়দা শেল ওইনদি ইপী পীদেয়ে। অত্নদা ঐখোয় ৩/৪ হৌনত্ননা তুমিন তোকথোকপা চৎপীদবা। অদৈদি পার্টি অত্নম কায়খ্রে। ঐনা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা ইমা মরা নাইথোক্লম্বগী য়ানিদা। মত্নদগীদি ঐ ইনে ইন্দুগীদা লৈরেদনা; ঐনা ইনে ইন্দূদা শেল তিংলবস্লু তলব চাবা থবক ১ তংদি থিবিয়ু হায়বা। কদায়দনো খঙদে থবক ১দি শেলকা পীজত্ননা ইনেনা হোৎনবীরী হায়। থবক্তু ফংদ্রিঙৈদা ইমাসিখোয়দা লৈরুচো হায়ত্ননা মানা থারক-ইবা। অত্নদা ঐ লাক্লিসিনে।

লৈমা— নঙ নমাত্নগী মনাক্তদি নঙ খক চৎ-লাক্রা ?

কবো – আসামদগী হল্লক্লবা মতুংদা ইমাগী মুপা ময়ুমদো থিরগা চৎলুইয়ে। নোংমা নিনি লৈরকই। মহোয় ইমুংদো পাবত্নগী মচা ওইরমাল্লে পাখং ৭/৮ লৈয়ে। উতৈ-য়াতৈবা ঙাক্তা চমোৎ চমোৎলদনা। শাথিনা মোৎখ্রবা ইমুংদো। ইমাগীবুদি শঙ্গোয় মচা ১দা তোঙান্না লৈয়ে। মত্নস্লু পীকখ্রে চিনখ্রে চিনবনা লৈকম লাকফম লৈপোৎ নত্তে। মহোয়গী য়াঙাং শাঙাংকা মতামনি। হৈনদত্ননা অত্নম লাক্লে।

লৈমা— নঙবু ঐখোয়সিদা লৈবা হৈনগদ্রনে ?

কবো— হৈনা তারেদনা।

লৈমা— নঙবু নহৈ নশিংদি করি করি হৈবগে?

কবো— একাগাড়ী তোংবা, ইরোই তোংবা, ইরোইবা, ঈশিংপা, ঈনচিংবা, লমজেল, চেলজোং, মাঙজোং, জগোয়, ঈশৈ; চাক থোংবা, চালোনবা, তলহৌবা কাদি ফাষ্ট ক্লাস কেক শাবা কাম্মু য়াম হৈবজাংনি।

লৈমা— তলহৌবা, কেক শাবা কদায় তম্মু রিবা?

কবো— এম: আর: বাটালেন্দ্দা মতম খরা চহী ৩/৪ ওইগদরা লৈরম্মে। অত্তুদা তমত্তুনা হৈরকপনিদনা।

লৈমা— কমদৌনা তম্মকইবা?

কবো— সিফাইগী মুপী ময়ামদো ট্রেনিং তৌয়ে। ঐনা লৈরুবদো সিফাই অচৌবা ১গীদমে, মানা ঐবুস্মু য়াওহল্লু হায়ত্তুনা মাগী মুপীত্তুগা চৎমিন্নত্তুনা ট্রেইনীংতু য়াওবনিদনা। মখোয়গী ইমুংত্তুগী চাকস্মু ঐনা থোংঙে অত্তুদা হৈরকপনিদনা।

লৈমা— মখোয়দগী নঙবু কৈদৌ তোকইবনো?

কবো— অত্তুবুরোও মখোয় ট্রোনসফর তৌখরে। অা হিমালয়গী চীংখোঙ ময়াদনি হায়। মখোয় হান্না চৎলুখিগে দরকার লৈরবদি ঐবু লৌরগে হায়রম্বনে। চহী ১ রোম হৌখে পাউ ১তা তাদ্রে। হিমালয় চীংত্তু য়েংনিংলুবগী চৎনীংবনিদা। অত্তুগী মথক্তা ঐগীদি য়ুম ইংখোল লৈতেদো লৈকমস্মু লৈতেদো। খঙদেদা ইমাসি। খর লৈরগদি ঐ জগোয় পার্টিত্তুদা অত্তুম য়াওরে।

লৈমা— নঙনা জগোয় হৈ হায়রিসিবু কয়াম হৈবনোনে?

কবো— ইমাসি ঐগী জগোয় য়েংনীংব্রাও?- য়েংনিংলবদি হৌজিক শাদোক্কেনে।

লৈমা— জগোয়বু করিগী য়েংনিংদনি হায়গে।

কবো— ইমাসিনবু য়েংগে হায়রবদি হেক্কো শারগে। পুংদি কনানা য়েগনি পুং ১ য়াওদদি মুংঙাইরোই। চিনবুংবুদি য়াইয়ে অছুদা য়ৌরোইদবা।

লৈমা— ঐগী ইচানুপা পুংয়ৈবা হৈবা ১ লৈয়ে। ডান্স কলেজগী পুংগী ছাত্রনে মাবু য়ৈহনসু ঙাইদনা।

কবো— অছুদি কৌরোদনা।

লৈমা— ইবুংঙো রাম্বু তারিব্রা? নঙগী পুংছু খরা পুথরকও। পুং য়ৈরো লাউ নচেশে জগোয় শাগে য়েংঙ্ হায়রিয়ে ইমাবু।

কবো— ইমাসি। কব্রি জগোয় শাউগে? জগোয় মখল শুনা হৈ ক্রোগ ডান্স বোন্দ দান্স কাথা কালি, মরৈবাক জগোয় নেপালি জগোয়, ল্যাইহরাউবা, ট্রাইবেল জগোয়। করম-বনো হায়রো শারগে?

( রাম্বু পুং অরৈমখৈ পুথোক্তুনা থোরকপা। )

রাম্বু— অছুদি ইচে লোইনমক শুনা মতেক খরা খরা শারো। ঐ পুং য়ৈবা হৈব্রা য়েংঙগে।

কবো— হাই। নঙদি মিংদা মান্নবা নত্তে। ফিলম স্টার রাম্বুগা শক চপ মান্নৈনা। নঙনবু হেল্লিনে ফজবা। ইমাসি রাম্বুসে সেনিমা য়াওহল্লো।

রাম্বু— য়াওদৌরিনে খরা লৈরগা বোম্বে চৎলনিয়ে। ইচেদি সিনেমা য়াম্না য়েং মাপ্পে।

কবো— নচেদি সিনেমা হায়রদি চাক্কা তোৎচাগে হায়রিবনে নঙ বোম্বে চৎকদবু কয়াম ৱাৎলিবনো ?

রাম্বু— কুইদ্রে। খরা লৈরগা চৎলনিয়ে

কবো— ভালো ? ঐস্তু বোম্বে চৎ তারেদনা সিনেমাদা জগোয় শানবা। অদো সে পুং য়ৈরো জগোয় হৌরসে।

( পুং থীন্দুনা জগোয় শাবগী মখোল মরক মরক্কা ঈশৈ )

রাম্বু— ইমা ঈচেগী জগোয়সে মুংঙাইব্রা ? ইচেসি জগোয় য়াম্না হৈরম্মিদনা। ইমা ইচেবু ঐখোয়দা লাকইসিবু কৈদৌ লাকইনো ?

লৈমা—ননে ইন্দুদা ঐনা মী ১তা থিবিরকউ ইমুং-মন্নুংগী পোৎ চৈ লোইসিন খমজিনবিনবা হায়বনিদা অদুদা ননেনা য়েঙু হায়দুনা নচেসে থারকইবা।

কবো - হায়রিসিবু ইমাসি ঐবু য়েংঙগা তোক্কদৌরিব্রাও ? ঐবু লৈহন্নীংদবরনে ? ঐদি ইমাসি লোয়দনা লৈরগদবনি হায়না ফিরোলকা লোয়না য়োমদুনা পুরক্লবো। হৌজিকপু ঐবু হনবা তারবদি মীগী মমাঙদা ইকাইবনা শিরনি হায়মি।

লৈমা - মুমিৎ থা য়েংদনদি কমদৌনা। নঙ পাবুংনা মুমিৎ থা য়েংদনা য়ুমদা মী হেক্তা থম্মী হায়রোইদরা ?

কবো — ঙসাইনা ঐনা ইমাসিদা হায়প্রবদুদি ইশিং চাউবদা ঐগী কুঠী চেম্থক্লে লৈত্রে হায়না। কুঠী য়াওদনা কদায়দা

মুমিৎ থা য়েংদৌরিবনো ? ঙসি মুমিৎ য়াম ফবনি তৎনবস্তু থোক্কে। পুর্নিমানি মুমিৎনা ইরাইনি সিদগী হেন্না ফবা মুমিত্তি লৈবু লৈরম্মোই। পাবুংগী দাই ঐ ওইরগে ?

রাম্বু— ইমা ইচেসি ঙসিদগী ঐখোয়দা স্কুম লৈরসনুদা। মী লৈরুরনি হায় লাক্লগবু ঐস্নু ঙসাইমখৈ ইচে হেক লাক-পদগী মথক কাব্রিবনে ইমাগা ইচেগা য়্রারী শানবদো মুংঙাইদুনা তা লৈথোক্লবা। য়্রারীদো তা য়াম্না মুংঙাইয়ে।

কবো— রাম্বু ফিল্ম স্টারনিনা হেক্তা ভাব তাজাৎনি। কৈসা হায় রাম্বু।

রাম্বু – বহুৎ অচ্ছা হৈ। ইমা ইচেসে চৎহলগ্রমুসে স্কুম লৈহল্লসে।

লৈমা— নঙবু নফি-নরোলবু করি করি য়াওরকপগেনে ?

কবো— ফিদি লৈদি লৈতনা করিবু য়াওরকউনি হায়গে ? ফনেক শেগায়বা অফোৎপা ১/২ গা ফুরিৎ অমনবা ২/৩ গা য়াওরমগনি। তো ময়োমত্তুদা য়াওরিবনি।

লৈমা— নঙনা জগোয় পার্টিদু য়াওরিঙৈদা শেৎ-চাবা ময়ামত্তুবু মহাজন্না লোইনা লৌহৌরব্রা ?

কবো— খরা লৈহৌই খরা পুরকই। পুরকপদুদৈ অফ-অফবা খল্লগা য়োন্দূনা চাথোকখ্রেদনা চানীংঙাইদি লৈতে শেলস্নু থোক্কে থবকস্নু ফংদে।

রাম্বু— ইমাগী ফনেক্কা অরৈবত্তুদগী ইচেদা খরা পীরো। ঐনা হোষ্টেলদা শীজিন্নরম্বা মোমপাক কানথা কাংখল, বেড কোভরকা উপু থন্না লৈবনি। মদো ঐদি শীজিন্নরোই ঐ থিরগা পীগে। ইচে নঙ চৎগ্রনু সিদা লৈরো।

কবো— গুড বোয়। থেঙ্ক ইয়ু।

রাম্বু— ইচে লাইব্রিক কয়াম হৈ ?

কবো— কদাই হৈরুনি হায়গে। এমঃ আরদা। লৈরিঙেদা খরা তম্মকই। হন্নুবী ময়াম তম্বত্তুদা য়াওত্নুনা ইবা পাবদি ঙম-হৌরে। অত্নুগা লোল অতৈদি এমঃ আরদা লৈরুবা অত্নুগা অসাম চৎপগদা হৈরকপনিদা। অসামীদি পাইথৈ হৈয়ে। লোল্লুরা ? নঙবু আসামী হৈত্রাও লোনসিরা ? এ লোরা কোরাসে কুরা কুরা।

রাম্বু— ইচে হোরেল মুংদাং লোম্নরসিদা।

## ( 8 )

( মন্ত্রীগী য়ুমদা কবোকলৈগী লৈফম শেম্নবা থৌরাং )

রাম্বু— ইমা, ইচেগী লৈফমসি কদায়দা শেমসিগে ?

লৈমা—থঙদেনে কদাই লৈহনসি হায়গে। নঙ তা-চাউবা হোইনা লৈরিবা শঙ্গোইত্নুগী মতাই ইথং থংবদা কা মচা অমা লৈবত্নুদা লৈহনসিরা ? মোত্তি খরা মোৎলম্মি। লুরিবু নঙ পাবুংগী রাদি তাত্রিদো। ঐ তাক্লনা মী হেক্তা থমজিল্লি হায়রত্রা ?

রাম্বু— কা মচাত্নুদি ইচেনা লৈবদা চপ চাবনি। মোৎপত্নুবুদি তা চাউবগা গোগোগদা শেংঙু হায়রগে। পাবুংগী রাদি ঐ দাই ওইরগে। ঐখোয়দা লৈরুরনি হায় লাক্লগা হল-হনখ্রবদি মা মথন্নাই মুংঙাইররোই হায়বা।

লৈমা— মাগী রাঙাং শাঙাং মতাসিবু ঐপোয়বু মীগী মমাঙদা পংচোপ চোপ্লুনা তোল্লগদ্রা ?

রাম্বু— থরবুদি রাইন্ড ওইয়ে। মমা মপাগী এফেকসন মুংশিবা ফংলক্তবা নেগ্লেতেদ চাইলদ ওইনা হৌরকপনিনা, শা ঙাদম্নু তম্বিরগা হৈরকইদা। তম্বীরগা মরাইনা হৈজ-রক্কনি। ঐদি মাগী রাঙাং শাঙাং তাবদা ফনববু মুংঙাই রিনে। ইচেসি লৈরবদি ঐখোয় মুংথিল তুম্মরোইদো ইমা।

লৈমা — নও তা চাউবদো কৌরকউদনা কাহু শেংদোক্লবা মরোল মরিহু ঐ হায়রগে ?

রাম্বু— তা চাউবা ইমানা অমুক্তা লাও হায়য়ে।

( রাম্বুনা চাউবা কৌবা চৎখিবা। চাউবগা রাম্বুগা চঙলকপা

চাউ— ননাই ঐবু কৌবিব্রা করি তাকপিগদবা ?

লৈমা— ঙসি নচল ১ লাকপসে সিদা থম্বা তারে। রাম্বুনা য়াদ্রে। নহোয়না লৈরিবা কাহুগা থংনবদা কা মচা অমা লৈদনা।

চাউবা—হোয় লৈ।

লৈমা— মহু খরা শেংদোকউ। মহুদা লৈহল্লসি!

চাউ— কাহুদি শীং খরা লৈনে অজ্জা।

লৈমা— কয়া য়াম্বগেনে ?

চাউ— কয়া য়াম্ববুদি নত্তে।

লৈমা— য়ামদ্রবদি চাকশঙগী কাচিন ১দা খরা হাঙলিবহুদা থম্বদি চল্লোইদ্রাও ?

চাউ— মত্থদদি চনবস্থ য়াই।

রাম্বু— লাকও তা চাউবা। ঐস্থ য়াওগে। গোগোগা ঐথোয় ও চওত্থনা হেক্তা শেংলুরসি। (মথং মথং থোকখিবা)

লৈমা— কবোকলৈ। নওগী নফি নরোল খরা থিশি লাউনে।

কবো— ইমাসি। (মখোয় অনী মথং মথং চওখি। মুমিংলৈমানা উপু হাংত্থনা ফিচিংথোকপা।)

লৈমা— সে ফনেক ২ সি নও শেংলো। মচু ওইবত্থদা অহনথংদা শেংপা ইকায়ত্থনা শেংত্রবনি ঐদি। ইহল হল্লিবনি। নও পাবুং অজ্ঞা উনবা লাকপসিনা হিয়াংথাং বরগা চপ মানরিবনি। তরু তরু তনান তনানা লৈগদবনিকো চমোং চমোং লৈবা য়াবা নত্তে। সে সে খুদৈ মতুপসিনা অয়ুক মুংদাং ইন্নবা ইনফি মপাল চনবা অসিনা চংথোক খোংতোকপদা ইন্নবা ফুরিংকাদি য়াম লৈনে চারোইনে।

কবো— চাদবা ফুরিংতো ঐ শেমদোকে কদায় পীয়ু। ঐনা শেমদোক্লবা তুংদা ইমাসিনা পান্নকপা য়েংভোইবা।

লৈমা— তো সিদগী ময়োমসিদা য়াওরিবা ময়ামসিদগী অপাম্বা মথৈ নও থনজরো সে।

কবো— সবাস? মসিগী ফুরিংসিনি ঐনা পাম্বদো। সিবু ইমাসি লিংনত্রব্রাও।

লৈমা— তোকচরেদনা অত্থদি নহাগী ফুরিংনি হন্নুবী ঐনা কদাই লিংলুনি হায়গে ফৈজুপ মায়থা কাংখল কাদি নৌপরাগীদা

য়াম্না লৈ হায়বনি। মাগা থিমিন্নরো। মাগা থিমিন্নরো। অদুগনে কবোকলৈ ইমাসি না অমতা হায়গে।

কবো— করি নানো ইমাসি ?

লৈমা— নপুন্না নাম্বুসে নিংথেমচানিদো অদুগী মথক্তা মন্ত্রীগী মচা-নিদো। মী তিপ্পকপা মতমদা নও-মা কা হায়বসে লৈবাক মচা তাদবা মাল্লি হায়গম্নুকো।

( নাম্বু চওলকপা )।

নাম্বু— ইমা কা শেংবদি লোইরে। কাংখোলদি করি থানি ?

লৈমা— চাকশওগী মনীংথংবা ফক্লাংদা হিদান ১মা ওারিবদাই। মতু নও তা-চাউবদা হায়রগা থাংদোকহল্লো অদুগা হেক থাবিরোদনা। মখোওদু নেম্মী হায়রগনা চেক্তু ২/২ হেক লোম্লনা থারো। মোম্পাক ফিদক কাংখল, কৈজুপ মায়থকদি নওনা লংকৈদা পুনরম্বা শীজিন্নত্রবা য়াম্না লৈদাইনে মতুদগী পীরোদনা।

নাম্বু— ইচে লাকও মথক্তগী নওগী ফিরোল থিরুসি।

কবো— কমিং কমিং স্নাখ্বামচা।

নাম্বু— ইচে কনানা ঐওোন্দা স্নখ্বা মচা কৌ হায়রিবা ?

কবো— ইমাসিনা। নহোয়দি নিংথেমচানি ব্যবহার ফজনা ওাও শকউ হায়বা ঐওোন্দা। পাবুং অজ্ঞানা সনাখ্বাহল নওোন্দনা সনাখ্বমচা হায়বা নত্রাও ? চুমত্রবরা ?

নাম্বু— চুমববুদি চুম্মীনে। অদুদা।

কবো— অদুদা কৈদৌরবা ?

রাম্বু— কৈস্থু তৌদে। ঐদি সনাখ্বা কৌবসে কয়া পামদে। কনামত্তা কৌইন্দবনি। ইচেস্থু কৌস্থদা।

কবো— য়েস য়েস মায় দিয়ার বোই এস।

**( ৫ )**

( মন্ত্রী য়ুম। কবোকলৈগী কা। মথা শঙ্গোই )

রাম্বু— তা-চাউবা, গোগো, লাউনে ইচেগী কাসি ফজদরা য়েংউনে। তা-চাউবা হোয়নে ফজরম্মেদা। সাইড টেবল, বেদ, কোভর ফজবা কাংখল ফজবা।

কবো— কাংখল মমায়দা লৈরোং ২ শাৎলিসে উরবরা ? ফজদরা ?

রাম্বু— কদায় ? ফজেনে। ষ্টাইল অমনিদনা।

কবো—কাংখল লৈরোং শাৎলিবা মপাসে শেগায়বনে। খুবাক খুবাকমুক লাউরম্মে। ফি থা ফোংলবদি শেগায়বনি হায়বা খওখ্রগনি হায়তুনা ঐনা লৈরোং ওইনা শাৎহলবনিদনা।

রাম্বু— ইচেদি আইডিয়াকা য়াম লৈনা।

কবো— লৈতদি কৈনো। ঐগী কাসে নখোয়না য়াম্না ফজনা শেম্নীরে। অদুদা ১দি রাৎলিনে রাম্বু।

রাম্বু— করি রাৎলিবা ?

কবো— মথকসে শিলিং থাদদি য়ারোইরবা। ফমুংদা লিক্লা তারক-কনি হায়বা। উপাক্লরা ফক্লোংনরা অরৈবা ১না থাজিল্লগা লোইরে। নহোই ৩ শুরিবো। ওহাক্তা থাদোকউসে।

রাম্বু— ইচে রারুনু। ইচেগী কা শোয়দনা শিলিং থানি।

তা-চাউবা ইচেগী কা শিজিং থানবা মপোৎঅচৈবু ঐখোয়গী-
শিদা নৈগদবা ?

চাউ— নৈনি নৈনি ইবুংঙো নৈনি। নহাল চাক চানবদা চাক
থিনবা ইনশাংকা শেয়বা কক্রোং মচা ৬/৭ নৈরমনি অাঃ
কোৎথক্কো। মহুনা থাবা য়ানি।

রাম্বু— অহুদী তা চাউবা, তা-চাউবনা শোয়দনবা ক্নো। ইচেসি
খরা কেহনসি।

চাউ— হোয়দা, হোয়দা কেহনস্থ ঙাইদনা।

কবো— তা-চাউরা থেঙ্ক ইয়ু। হল্লো রাম্বু গুদ বোয়। থেঙ্ক ইয়ু।

( ৬ )

( থা ৬/৭ হোখ্রে। মন্ত্রী বাঙ্গালাগী দাইনীং রুমদা।

রাম্বু— ইচে। ও ইচে কবোকনৈ।

কবো— ক্যা হৈ ক্যা মাঙতা ?

রাম্বু— ব্রেক ফাষ্ট চারগে লোইরবরাও ?

কবো— নঙবু চিন-য়া শেংলবরাও ?

রাম্বু— ঙসাইনা শেংঙেনে উহৌদ্রাও ? ঐ ডাইনীংরুমদা ফমহুনা
নৈরে পুরকও।

কবো— চাকথুমদা নৈরগা কদায় উরুনি হায়গে। নঙদি বেড
টিনি হায়হুনা চিন শেংদনা হেক হেক চা থকইদো।
অহুদা চিন শেংদনা ব্রেক ফাস্ট চাদৌরিমান্নে খল্লুবা
চিন শেংদনা চা থকপসে তুক্কচৈনে খঙবরা ইবুংঙো।

রাম্ব্.— য়েস করেকট। করি করিনো পুরকইহুবো।

কবো— নঙবু পারোথা চানীংই হায়দায়নে ?

রাম্ব্.— হায়নে।

কবো— সিনা পরোথা, সিনা শঙ্গোম ক্ষের, সিনা ফুরুত।

রাম্ব্.— গুদ ইচেগীসিদি য়াম হাওদৌমাল্লি। মনম তাবদা ঐ তিন কুৎ কুৎ য়োৎলে হায়বা। ইমা লাকও। পাবুংস্থ কৌরকউ।

লৈমা— লাকএ লাকএ। নঙ পাবুংদি থর রাৎখিদৌমাল্লি। এম, এল, এ, ৩/৪ ফম্মীনে করিনো খঙদে লাকস্থ লাকখ্রে। এম, এল, এ, শিংসে অহীংবু তুমদবরা করিনো। ঐখোয়না য়াহৌড্রিঙৈদবু য়োরকইনে নঙগী পাবুংগীহু থমনসিসে।

কাবো— রাম্ব্. টি ওর কফি ?

রাম্ব্.— ইমাগীদি খঙদে। ঐগীদি কফি।

লৈমা— ঐস্থ নঙ থক্কু থকতারেদনা। কবোকলৈ নঙ পাবুং অজ্ঞাগীদি শঙ্গোম ওইনা তৌকো ?

কাবো— শঙ্গোমসিবু হাওদৌ মান্দেদা। ঈশিংনা তঙ্খায়। শেন্দোং য়াম পামহুনা শঙ্গোম য়োনবীনা ঈশিং তপ তামখৈ য়ানশিনলমাল্লে ইমাসি হা য়াদ্রবরাও ঙসিগীহুবো।

লৈমা— করি য়াদনি হায়গে হাওব্রে। ঐখোয় অজ্ঞা পুজারীসিদগী নঙনবু হেল্লেনে।

কাবো— হেনদদি ইমাসি ঐখোয় অজ্ঞাসে ঐ অমুক্তা তাক্লীংলিয়ে। অহুগনে ইমাসি বামোনসে স্থম লৈরবদি ইমাসিখোয় মুৎলনি।

রাম্বু— কৈদৌরগে ইচে ? করিগী মুৎকদৌরিনো ?

কবো— অহুবুরাও খাংদা থাওদো য়াম্মেনথৈ হৈজিল্লে অহুগা য়ামল্লে হায়হনা খাবৈনা কোৎ কোত্তুনা মৈদা হেক্তা হৈজিল্লি। মহুবু থাও অরেম্বদা মাওন্না হায়বা। মাই মপোৎ ওইরবদি অহুম তৌরোইয়ে।

লৈমা—চুম্মীনে ইচানা হায়বা। মাদি অহুম হেক হেক তৌবোইরেকো।

রাম্বু— ঐখোয় ইচে কবোকলৈদি চোকশিনস্ত্রবা ইকোনোমি য়াম হৈস্ত্র জাৎনিদা।

কবো— চেকশিলদদি শেলবু পংফং ফংবা যাব্রাও ? শেল তানবা হায়বসে রাস্ত্রবনি। রাম্বু ভসিগী পরোথাগা ক্ষীরহু হাও-বরনে ?

রাম্বু— হাওই করিগী হাওতনি হায়গে। ইচেনা হৌবনিনা ঐদি পংহাউতা হাউই। অহুনা লোইনা চাথোকস্ত্রবহুনি। ঐবু লেমম্বা হায়বা।

কবো— লেমম্মদেনে।

রাম্বু— হাউহুনবু লেমমন্ত্রিবনি। ইচে নও চৎখিন্নুকো। ঐখোয়দা মুম লৈয়ো হায়বা। ঐগী ইচন মুনী অমা লৈয়ে।

কবো— কদায় লৈরিবা ?

রাম্বু— আ লংফৈদা।

কবো— লংফৈদদি কৈদৌ লৈরিবা ?

রাম্বু— ডাঃ তম্মীবনে। তম্বা লোইদৌরে। খরা লৈরগদি থোরক্নি। মানা হল্লক্লগা ঐখোয়দা ইচে লৈরম্বসিদা ইচে উবদা মানা

হরাওগদবসিদি ঐনা চিঠি ইবদা ইচে ঐখোয়দা লৈরে হায়খ্রবনে।

কবো— ডাক্তর তম্মী হায়বা। বেস বেস ঐনা নীংবা থুংলে।

রাম্বু – করি নীংঙিবা ইচেদি ?

কবো – অদুবুরাও। ইনে ইন্দুনা হোৎনবিরিবা থবক্তো হোসপিতালগী এটেনদেন্টনে। নচন মুপীদুনা ডাঃ ওইরবদি মঙোন্দা তমদুনা ডাঃ গী থবক্তো খঙদোকনি হৈরনি অদু ওইরবদি হয়েং ইনটরভিউদা ঐনা মকোক ওইরদি ঐ খল্লেদনা।

রাম্বু -- ভাল্লোহৈ। ইচেনা তৌবা প্লানসি ফজখ্রেদা।

কবো – ফজদদি। অদুননে কবোকলৈ হায়নরিসে। খঙঙবা ইবুংঙো।

( ৭ )

( খুঙ্গংনি। শগাংগা রাংঙুগা তাইনবা খুদোন অমদা লমহাংমকম্ন নত্তবা য়ুমদোনপোক ওই করি ওই য়ুম ২/৩ তাদুনা লৈ। য়ুমশিং অদুগী মখা ইথং থংবদা লৈবা য়ুম অমগী মখা শঙ্গোই পৈরপ তৌবা অমা লৈ। লৌবুক্কা হেক তাইনরে। মখা শঙ্গোই অদুগী মনুংদা কবোকলৈগী মমা থরো নাদুনা রাগী কাংথক ১দা হিপ্তুনা নাহৈরী অৱাং থংবা য়ুমদা হমুবী মুক্তারৈ কৌবী অমা লৈ। মহাক থরোদগী চহী খরা হল্লি। মহাক থরো নাবা

হংবা চওল্লকই।

মুক্তারৈ—থরো নওবু নশাহ্ন খরা মুংঙাইরব্রা ?

থরোশং—পংকন কম্না নাবদি নত্তে অত্নুদা, ইনম্মা, হন্দক্তি ঐগী হকচাং অসে মহৌশাগা ইমান মান্নদে।

মুক্তা— কৈশু তৌরোইদা। নওনা পংখন খনবগী য়ানি।

থরো— ইনম্মাহোয়নদি কৈস্থ তৌরোই হায়বা, ঐগী হকচাংদদি করিনো অমা ফাওইনে। ঐগী ইচা মুপী অমথক লৈ। মতোমতা পোকচবা।

মুক্তা— কদায়দা লৈবা ?

থরো— আঃ ইম্ফালদা লৈ ইনম্মা ঐসে মখোঙ মরি পানবা শাগা চপ মান্নরবনিনে। কারিবু হায়না ইনম্মদা তমগদৌনে থওদ্রে। ঐগী ইচানুপী অত্নুনা জগোয় শাবনি হায়ত্নুনা আসামদা চৎখি। পারটি অত্নুদা মানা মপুং ওইনা তৌবনি। মশকপুদি পংফ ফজবা নত্তবা মহৈদি য়াম হৈথ্রবা। মানা আসামদা লৈরিঙৈদা মাগী য়াশল ইতৌ তৌদনা নীপা অসিদা লৈরকপনি। ইচাবু হুন্দোক্লমলগা। মানা হল্লক্লগা করি খনগনি ঐ খলহৌদে। (কপ্পা)

মুক্তা— নচাত্নুবু হৌজিক কনাগা লৈরিবগে। ময়ুম মকৈ পাল্লবরা ? পান্ত্রিবরা ?

থরো— পানদে মাবু কনানা লৌবিগদগে ? পিতৎ পাতৎপা মচাবু। মনে ইন্দুগীদা লৈবনি। মনে ইন্দুনা মন্ত্রীগীদা লৈহল্লি হায়ব্রা করিনো। মথোং চাবা নত্তেদা ইনম্মা॥

মুক্তা— মন্ত্রীগীদবু লৈজরবদি কৈনে করিনো ?

থরো— ইনম্মা ? ইনম্মানা তঙায় ফদনা পাউ অমতদি ঐগী ইচানুপীহ্নদা য়োঁহনবিখো। মশক্ক অমুক্তা উরগা শিরবম্ন পেনগনি। ঐনা ইচাবু মীরাইহ্নুনা হুঞ্জেক্লম্মীদো। ব্রাখল থেনবা হায়বহ্নুনি। মমা অমা ওইবগী শাজৎতি নত্তেনে ইনম্মা ঐনা চৎলিবসে।

মুক্তা— পুম্নমক্ক হৌগ্রবা ব্রানি খল্লরম্ন। নঙনা হায়বা পাউদো শোয়দনবা ঐ চেনখিগে। হৌগ্রবদি হৌগ্রেদনা হৌগ্রবা ব্রাবু হৌজিক নোংহৌনা নীংশিংলুবগী করি কাননি। নত্তে ইন্দূগী ময়ুম্ন কদায়দনো ?

থরো— খিবকাদি ওনথোক্লা ব্রাখিত্রপোৎনিদা। কৈশামপাৎকী লাইরেম্বী লৈবহ্নগী অব্রাং থংবা থোঙ্গাল শোরোক্কা তাই-নবহ্নুনি। থোকচোম ইন্দুগী য়ুম হায়রগা লোইরে। হেক্কা খঙগনি।

মুক্তা— পাউহ্নুবুদি ঐনা শোয়দনবা চেনগ্রগে। কৈশামপাৎতা খামলিজৈহ্নদা মরায়না হায়জগনি। নঙবু করিদি চানীং-বগে ? চানীংবা অমতদি হায়মুদনা ॥

থরো- ইনম্মা। ইনম্মদা ওৎপসি ওৎগ্রেদকো। ব্রারৌগম্নকো ইনম্মা। নচন লাইবক থীবী ঐদি খল্ল খল্লরগা ওন-থোকনা নীংঙমখিদ্রেদা। ইনম্মানা পীজগে হায়রগা হঙ্গাম পেরে চমফুৎতো মহ্নগী মহী থরা তোৎলবদি চাক্তি চাখোমুক য়োৎপা য়াগদ্র ? খঙদেদা ইনম্মা।

মুক্তা— ঠনা কৈখেল খোক্রিঙৈদা পরপ পরপ তৌদুনা চাক অপেৎপদো থোংবিরমগে অদুগা হঙ্গাম হায়বদো চমফুৎ খরদং ফুৎলগা থিল্লকে। ঐ চৎলে চৎলে।

## ( ৮ )

(রাংঙ্ খুলগী খুনদোন্দা মতাই ওইরপ্পা লৈবা লায়রবা ইমুং অমগী ফিভম মুপা মচা খোঙগ্রাও মকক শেগায়বা ময়োকৎপা শেৎপা ৫/৬ না রা রা নিল্লদুনা খরনা চৈতেক কোৎপী খরনা য়ুমশাবী শান্নরি। শুমাং মতোন্দা কবোকলৈ ইন্দু অনী চপ লেপ্পী।

ইন্দু— ইবুংঙোহোয় তারিবরাও। ইনমা থরোশং নাদুনা লৈ হায়ববু কদায়দা লৈবগে? (কনামত্তা খুমল্কে ঙহাক লৈরগা কবোকলৈনা।)

কবো— হায় লরায় মচাশা মী অমনা হংলবদি খুম্বা হৌনবনিনে, লরায়নিনা নখোয়দি খঙলিরোইনে। ননাদু হুৎত্রাও।

ইন্দু— নঙগী হৌনবীদো অমুক তৌরক্লব্রা? মীরমনিনে মীরম।

কবো— উশিৎ থওইদবা শারদনা। মীরম ওইরসু কৈদৌনেগে। মখোয়না। (শান্নরিবা ময়ামদো তাদি তায় অদুবু কনামত্তা খুমলক্তে মাগী মাগী শান্নবদা পুক্নীং চঙবা মাল্লি। কবোক-লৈনা মনে ইন্দুনা থাম্বা য়াদনা অমুকক্তা হেন্না কন্না লাউনা হংলকই। হুন্দকমুক্তি মাঙ্গোলদা জুরার শান্নরিবা কাঙবু অদুদগী ১না ইঙ্গিৎনা খুদোনবী থিন্দুনা থরোশংগী

লৈফম তাকই। ইন্দুগা কবোকলৈগা তাকলকপা মতুং ইন্না মথা শঙ্গোয় থরোশংনা লৈবত্থু তম্না চঙথি। )

ইন্দু— ইনম্মা। ইনম্মা। কদায়দা লৈবগে ?

থরো— শিদ লৈয়ে। কনানো ?

ইন্দু— ঐ ইন্দুনে ইন্দু। ইনম্মা নঙবু নংগী নচন নুপী ইন্দু খঙদ্রব্রাও। ঐ কবোকলৈ থিল্লক্লিবনে ॥

থরো— ঐগী ইচানুপী কবোকলৈ লাকপরাও ? মশিংতা ইরা চেন্দুনা ফমশেন্নবা কনা য়াওদনা রাগী কাংথক অমদা চরু থাতুনা ফদি ফবা থরনা কুপতুনা ছিপলিবা থরোশং উবদা ইন্দুগা কবোকলৈগদো রা ঙাঙগোকপা ঙনদনা হীক হীক কপ্পি। ঙত্তাক কপলুরে তুংদা ইন্দুনা হায়।

ইন্দু— ইনম্মা লাইবক চাউবী নঙনা তৌরম্লিবা মতৌসি করিনো ? (কবোকলৈ মাপ ভেথোক ভেথোক হীক হীক কপতুনা লৈ। )

থরো— ইন্দু ননাম্নি শা ওইবীনিনে। ঐনা ঐনা তৌরুব কম্মগী কল ঐনা ফংরুবনি। যমনা ঐবু অমুক লাল্লরোই। ঐনা তৌজরুবা পাপকী মহয়না হৌভিক ফাওবা মমা মপা শক্লা নাওকোনবীরিবসে ইনম্মনা পেল্লে। নঙগী লমনদি ইনম্মুনা মপোক মপোক খুদিংদা শিংবা ঙম্ন-রোইদবনিনে ইন্দু। ঙসি ঐগী শিরমদাই অসিদা মনি মমৌ লোয়নজুনা লাকইসে ইনম্মা শিরবম্মু পেল্লে ॥

ইন্দু— করিনো ইনম্মা হায়রিহেদেদা কবোকলৈসে নিনি হুমনি

ইনম্মগী সেবা তৌনবা থনমখিগে ওসিদি ঐখোয় অনীমক লেককদবনি। রারুন্নু করিগী রাজরুনেগে। ঐখোয় লৈরিসিবো ।।

থরো— কবোকলৈ ইমাগী ইবেম্মা, ইমাগী নাক্তা চঙঙকউ লাউ। ইমাদি নঙা মফমদা ওম্থোকনা লানখ্রেনহে। ইমাবু রারৌগমুকো। নঙবু হুনজেকলম্লগা ইমানা য়ুম পাল্লকপসে মমা অমা ওইবগী লমচৎ নত্তেনে। নঙনা ওসি পুন্নমক কাওথোক্তনা ইমাগী সেবা তৌরুগনিদো হায়হ্না লাক্লিবসে মসিনা মপেল্লে কপ্পা।

কবো— পাবদি থক চঙলক লাকলক্তরা ?

থরো— নঙ পাবদি ছাকুম লৈখিদরে। কৈদৌরগবনো হায়হ্না নঙোন্দা তাক্লক্তবনি। মাগী ফিরোই হুমিৎতগী ইমা নাশিবনি। ফিরোইগী থবক্তো য়োংগী মচা ময়ামসিদি অমতা নোমদেনে। ইমানা থরা হেন্না নোম্মুবদগী রামনহ্না নাখ্রিবনিনে।।

কবো— পাবনা ইমাবু কাংথোলকা অমতা হিপহল্লমদবরা ?

থরো— হিপহল্লম্মী। করিগী হিপহল্লমদনি হায়গে। নঙ পাবনা ঐঙোন্দা পীরম্বা কাংথোলদো লৌবুক চৎপম্বু ঙমদা পাৎ কুপম্বু ঙম্লক্তা নোংম-নোংমগী পুখম-তেঙ্গোৎ, ফমুং-কাংথোল য়োন য়োন্দুনা চারকপনা ইমুং অসিদা করিমতা তাথ্রিবসিনি। ঐনা তোজবা ইপাপকী মহয়না ঐনা ফংজবনি। কনাদম্বু রারৌনীংঙাই লৈতে। (মুক্তারৈ চংঙকপা। )

মুক্তা— থরোশং নওবু নশাদু ইমুং মুংঙাইত্রিবরা। ইস্ফালদগী কনা কনানো লাকই হায়বহুবো ফম্মিশিংসিরা ?

ইন্দু— মানি মানি। ঐখোয়গী ইনম্মা থরোশং নাই হায়দুনা মুপীমচা কবোকলৈগা ঐগা লাকচবনি। কবোকলৈগী মনে ইন্দু হায়বীদো ঐনি। নহাক ইচেনা প্যাউ চেনবিরকপদো ॥

মুক্তা— ফরেদা নখোয় লাকপা। লরাইদগা লৈরেদো নংগা নংলে নোংমতা কৈথেল লেপ্পদা চানীংঙাই লৈত্রিবনিনে। থরোশংনদি হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদনা নাহুনা লৈরেদে। হোবে হোবে কৈথেল কারমদাইদা চাক থরা লানশিনবিরম্বা কৈথেল কুম্নরুগা থোংঙগা থরা পীজবা অসিদগীদি হেন্না ঐস্থ মাগীদমক করিস্থ তৌবা ঙমদেনে। ফরে ফরে নহোয় লাকপা ॥

ইন্দু— সিদগীদি মচানা সেবা তৌজরগনি ইচে। ইনমমস্থ মরাইনা থুনা ফজররুনিদা।

মুক্তা— নহোয় লাক্রবনিনা ঈরু মায়থজবীবা য়ারনি ফরেদা। নওগী নমৌমুপীহুবু মন্ত্রীগীদা লৈ হায়বদাইনে।

ইন্দু— লৈ অহুদা ইনম্মা নায় হায়হুনা কৌরুবনি। মমা মচা হায়বসে কায়নবা য়াপোৎ নত্তে মন্ত্রীনা হেন্না লুবা নত্তে হায়জরিবা।

মুক্তা— অহুদি ননি নমৌ হোৎনহৌরো ঐস্থ কৈথেল থোরুবা থোরাং তৌরুখিগে। (মুক্তারৈ থোকখিবা।)

কবো— ইনে ইমাগী খোঙসে ইশা শাদেনেহৈ কমদৌসিগে ?
থরো— ইন্দূ ঐ য়াররোইনে নঙনা ঐ শিগ্রবস্থু কবোকলৈবু থাদোকপীগনুকো ।
ইন্দু— ইনমা হায়হৈদেদা চুন্না চাক্কী ঈশিংগী মমল নাবনিদা। ঈশ্বরগী নামহুম শোন্নু ।

## ( ৯ )

## ( থরোশংগী ষুম )

কবো— কবোকলৈ। কবোকলৈ ।
কবো— করি হায়গে ইমা ? ঐ সিদা লৈএ।
( থরোশংগী শঙ্গোইদা মুক্তারে লাকপা )
মুক্তা— কবোকলৈ। হো কবোকলৈ।
কবো— ইনে ঐ থোরককে ( পরপ পরপ থোঙজিন কানথোরকই ।
মুক্তা— নমা কমদৌই ? থরা হন্দোকপরা ?
কবো— (মমিৎতা ঈরা চেল্লহুনা) ইনে ইমাসি য়াগদবা মান্দে। মশা পুম্নমক উনমুক ঈংগ্রে। অহুগ মিহুৎসু থরা থরা পীকশিল্লকপগুম তৌই।
মুক্তা— নঙনা হায়রিসিবু করিনোনে। য়ারোইদৌবা জাৎলা ?
কবো— ফরকদবা মান্দেবো ইনে । ঐদি ঙসি হযেংসিদা থোকদরা থল্লি। ইনেগীদা হিদান অমা লৈ হায়বদো থাংঙুরসি মহুদা ইমাসি হিপহল্লসি ফম্মাংদা থারগা অরাংবা

রাগী কাংথক্তা হিন্নহ্নু ঐস্নু মুংঙাইত্রে। লেবা লাংবা তোৌবস্নু খুদোং কয়া চাদে। অহ্নুগা ইমাসি রাগী কাংথক্ত হিপ্তুনা শিবস্নু পামদেনে ইনে। (হীক হীক কপপী।) (মখোয় অনীহ্নু থ ুনা থোকখি। ওহাক লৈরগা খিদান অহ্নু মখোয় অনীনা থাংজিল্লকই। অনাবহ্নু কম্নচিংবা থারগা হিপহল্লি।

মুক্তা— ইবেম্মা। থরোশং নঙবু ইনম্মানা কৌরিবসে তারিব্রা ?

থারো— (খুনদে। মমিৎতমক য়েংই।)

মুক্তা— নঙবু ইনম্মানা কৌবসি তাব্রবরাও ?

থরো— (য়াম্না তপ্পা খোঞ্জেলদা) তায়।

মুক্তা— ঈশ্বরগী নাম শোললু। করিমতা মুংঙাইতবা তৌগন্নু। ঐখোয় মীওইবগীদি তাইবং পোকপা মপুগী মীংথৈ শোনবনা পোৎথাকম্নিদো।

থরো— (মঙক্তা মঈল্লি। রাদি ঙাংদে। মুক্তারৈদা অমুক য়েংই কবোকলৈদা অমুক য়েংঙি। মমিৎতদি পিগী ঈরা লেপ্তুনা চেষ্ট্রে।)

মুক্তা— কবোকলৈ, ইনে ইন্দু নঙবু সিদা নহাল থিল্লকপদো অহ্নুদগী ওসি ফাওবা মহাক লাক্তবরা ?

কবো— লাক্তে লাক্কনিদি হায়রম্বনি।

মুক্তা— মাবু নঙগা কয়া নক্লবা মরীনো ? নঙ পাবগী মচনমক্লা ?

কবো— পুংনক নক্লবদি নত্তে। ঐখোয়গী পাবুংনা শিরমদাইদা ইনে ইন্দুদা ঐসে শিম্নরম্বা (ওসি ফাওবা ইনেনা ঐবু

য়োকপীরি। ইপানা হেক পোকমিন্নবা ইনেদগী হেন্না লুনা খল্লিবনি। মাগীস্থ মচা মুপা অমখক্তা পোকই। অঙাংদুগী মপাস্থ শিখিবা কুইরবনি। অঙাংদু পাখং ফারবস্থ ফগদবা। মমা মচাদা লৈবদুদা মচাদুস্থ স্কুল তম্লিদো। মচাদু মতোমতা থাদোকপা য়াদদুনা লাক্লুবা ওইরমগনি।

মুক্তা— ঐস্থ কৈথেল ঙহাক থোকলুখিগে। নমাসে খরা কুপ্পা শেন্নৌ। স্বরস্থ চনীং তানা হোনদবগুম তৌই। ইনে থুনা কুম্মককে। ঙসি অহীং মওং চাত্রবা নমাগী অনা-বসিনা স্থম মহনথরক্লুবদি ঐস্থ লেককে। চৎলে চৎলে। (মুক্তারৈ থোকখিবা)

কবো— ইমা, ইমা, হো ইমা নঙবু থুম্বা ঙমত্রবরাও ?

থরো— (য়াম তপনা ॥ ঙম্মী। ক-বো-কলৈ, ই-মা গী ইবে-ম্মা নঙসে নরাইবক্তি ওনথোকনা থিগ্রবা হায়দু ওইরে।।

কবো— ঐগীদি ব্লারুগম্নুদা। ইমাবু হকচাংদো খরা মুংঙাইব্রাও ?

থরো— মুঙঙাইতে। নঙবু কনাগা লৈহৌগদগে ?

কবো— ঐগীদি ব্লারুম্নুদা লাইনা তম্বা অমা লৈরমগনি।।

থরো— হে ঈশ্বর ইবুংঙো দয়ামোই। ...... কবোকলৈ ইমা চরমসে গ্রক গ্রক কংলে। ননে মুক্তারৈদুবু কৈথেল কুম্ম-কঅম্মদরা। ননে ইন্দুদু উম্ননিংগ্রেদা ?

কবো— ইনে ইন্দু কৈদৌনা উম্ননিংঙিবা ?

থরো— মঙোন্দা নঙবু অরোইবা ওইনা শিন্নরমগে তৌবনিদা ইমাবু

চাক চথোম অমতং য়োংপা য়াগদরা য়েংসিরা ।।

কবো— (চেংফুদা ক্রোক ক্রোক ওৎতুনা য়েংই চেং মরু অমত্ত তা-রমদ্রে। মুক্তারৈহোইরোমদা থ্না য়াংনা চেনখি। চেং মেরুক চথেৎপী অমা পুরকই মুক্তারৈসু মতুং ইনরকই ।।

মুক্তা— ইবেম্মা থরো নচানা চাক থোংঙী ঐ নঙগী নখোংস শাহনগে। (থ্না য়াওনা চাক থোংহুনা কবোকলৈনা পুশিল্লকই ।)

কবো— ইমা চাক লৈরেসে ইল্লগে ইনবা (চথোম অহুনলক হেক শুবদা থরো ঈক লাউরকপা। শিবা।। (লাউনা।) নখোয় কনা কনা লৈবগে (কনামত্তা খুমলক্লে) নখোয় কনা-মত্তা হনজিল্লকত্রিব্রা ?

অঙাং ১—ও কনামত্তা লাক্লেরিয়ে ।।

কবো— চন্দানগী মচাশিংদো কনামত্তা হন্জিল্লক্লি হায়রকই। কনা-মত্তা লৈতে। ইনেগা ঐগা হেক্তা পুথোক্লসি থাডেংফম য়ৌনবা ।।

## ( ১০ )

## ( মন্ত্রীগী য়ুম )

রাম্বু— ইমা ইচে কবোকলৈহুবু ঈ পাউ ১তা তাখিদরে। কমদৌ-গ্রজাংনো মাবু ঐখোয়গীসিদা হল্লক্লোইদ্রা ?

লৈমা— খওদেনে। মমা নাই হুমিং নিনিদনি হায়হুনা চৎখিবনি

মমাদুগী লৈফমস্থু তাক্লমদেদো থিরুদৌস্থু। মানা চৎখিবসি ফনদি কুইরেনে। পুর্নিমাগী লাইরিক তাবা নুমিত্তনি। মানা হোবে-হোবে তৌদুনা লাইগী থবক লোইশিল্লম্নগা চৎখিবদো। হয়েং থাশিনিদো। থা মখাই অমা পুরা ফারবনিনে। অঙাংদো মথোংদি কয়া চাদে হায়ববু নুংদি নুংশিখ্রেদা। মপুক্তো শেংগ্রবা হায়নিমা॥

রাম্বু— ঐস্থু ইচেদো য়াম নুংশিদো। মাই মমাদু নাবা ফৎলমদবতাই অদুনা হল্লক্লবা ওইরম্মি। কৈস্থু থোইদোকপা তৌদ্রগদি সিদা শোয়দনা হল্লকনি। ইচেদো ঐখোয়দা য়াম লৈনিংবনি॥

লৈমা— ননে ইন্দূদা অমুক্তং হংলুশিরা পাউতা লাকপরা হায়দুনা। মমা নাই হায়বা পাউস্থু ননে ইন্দূনা পুরকপনিনত্রা। কবোকলৈদো মরাইবক্তি থীগ্রবা জাৎনিদা॥

রাম্বু— হোয়নে। ইনে ইন্দূদি খঙলম্বস্থু য়াই॥

লৈমা—চাউবা। হো চাউবা। নঙবু কৈদৌরিবগে। সিদা অমুক্তা লাউও॥

চাউবা—ননাই ঐহাক কৈস্থু তৌজদে অঙ্গা। করি তাকপিগদবা?

লৈমা— কবোকলৈদু মমা নাই হায়দুনা পাউ চেল্লকই। মমা উনরুগে চৎলুগে হায় চৎখিবদু ফনা কুইরে থা মথায় ১ ফাশিল্লকলে। ঈ-পাউস্থু ফংদে চেক মোক হায়খিদ্রেনে করম তৌরি জাৎনো। নঙবু ইন্দুগী ময়ুম খঙব্রাও? মানা কবোকলৈগী মমা নাবগী পাউস্থু হায়রকইনে॥

চাউবা— ইন্দু হায়রিসিবু সিদা মরক মরক্তা ফি পুন্থনা লাকপী মুপী কিয়োনবী অন্থরা অজ্ঞা।

লৈমা—মায়ে। মায়ে। মাগীদা চৎলগা কবোকলৈগী পাউ থরা হংঙুনে।

চাউ— হোয় হংজরুগে অজ্ঞা।

লৈমা— য়েংঙোই মুম্না হায়মু কবোকলৈদো মমা নাই হায়হ্নুনা ইনেনা পুন্থনা চৎখিবা থা মথাই ১ ফারে। মা হনম্নু হল্লক্তে পাউস্নু পীরক্তে ॥

ইনে খঙলাকপ্রা হায়না হংঙকউ। অন্থগনে কবোকলৈগী মমাগী লৈফম য়ুম্নাক শংগম্নু হংঙকউ। থিরুনবা চো চো য়োথোকলুরো॥

রান্থু - ভা চাউবা ঐখোয় অনী হেক্তা চৎমিন্নরসি নঙনা সাইকলদা চৎলবদি কুইরনি॥ ঐগী মোটোর সাইকলদা ঐখোয় অনি চৎলসি॥

"(মোতোর সাইকল থোদোরকপা থৌজিল্লকপগী মখোল)'

ইমা ইনে ইন্দুদি কবোকলৈ হল্লকপগী ভাবতা লৈরম্মী। ইনে ইন্দুনা ইচে কবোকলৈবু মাগী মমাগী য়ুমদা থিল্লুই হায়। মমাদো য়াম্না কন্না নাহৌই। লাক্কবসিনদি মমাদো য়াম্না কন্না নারম্বা তারে হায়রকই। লৈফমগা মমিংগবুদি খংলক্রে॥

লৈমা— মুপামচা গোগোসিনা চৎপদি মখোং খংঙোইনে। বালু হায়রা ওফিসকী পিয়ন্নিদো নঙনা অহল হায়হ্নু থোকইদো

ব্লারবস্থ ব্লানা চাউবা নঙনা চত্তুনা কবোকলৈদো খরা হংবীরুবতাইনে ।।

চাউ— ফনি অজ্ঞা ননাই ঐহাক চৎচরুগে কবোকলৈদো মুংশিনে ইচম তেক চন্নদনা মবুক লোমদে হায়বা ।

রাম্বু — তা চাউবদি কৈদৌঙৈ চৎপা তাব্লিবা ?

লৈমা— ঙসিনা নোংমা পাম্লেদো । হয়েংনা নঙ পাবুং থুংঙনি একলমমু হায়হুনা মেসেজ থারকই হায়দাইনে ঙসাই প্রাইভেৎ সেক্রেটরীনা হায়ব্লম্বহুবো । হংচিৎনা অমুক লৈপাকপোকপনিদো ৫ নি পানবা য়ুমজকৈশা মুমিৎতা নত্রগা ইরাই মুমিৎ ৭ নি পানবদা চৎপা তারেদনা মমিং মথা কাতি মুন্না হংলক্লেকো চাউবা ।।

চাউ— হংজরক্লে অজ্ঞা ।।

রাম্বু — ইচে থিবা চৎপসি য়াম কুইথখিদৌরেদা থুনা চৎপগী উপায়দি লৈত্রেনে ফরে ।

লৈমা— খংত্রেদা তৌরিসে ।।

( ১১ )

রাম্বু— (ইখং খংনা । হৈমা, ইচে ? নঙ থিরুনবা হায়হুনা ইমানা তা চাউবা থানি হায় ঙৌনরম্মীনে ইমা ? ইচে কবোকলৈ লাকলে ।

লৈমা— হা : কবোকলৈ লাকলে হায়বা । ফরেদা । কবোকলৈ নঙ কৈদৌরে ? নশাম্বু হক্সকে পাউম্বু অমতা থারক্তে ।

চাউ— কবোকলৈ নঙ থিবা চৎকে তৌরম্মীবনিনে। ফংদা নঙ হললকপা ঐখোয়দি নুংশা থিনরুরেদনা।

লৈমা— নমাদি কমদৌরে খরা ফহৌরবরা ?

কবো— কদাইদগীনোদা ইমাসি। ইমাদো শিরে। (কপ্পা)

লৈমা— কৈদৌডৈ শিবনোনে নঙ হায়রিসিবো।

কবো— কুইরে ॥

লৈমা— ঐখোয়দি কৈদৌনা তাক্লক্কি্বা ?

কবো— তাকউদনবু কৈদৌরুগবনো হায়দুনা তাক্লক্কবা। নুংদি নুংঙাইথিদ্রেদা ইমাসি ইমাদো চাবা থকপা সেবা লাংবা মনীং থুংখিদেনে। লাইরৈদো মীস্থ কনা লৈজদেদো। (কপপা।)

রাস্থু— ইমা ? ইচেসে ময়াং কাসে কংত্রিক কংঙে। কুচু কাসে মুশুক মুশল্লে হায়বা। মথরাইশিস্থু য়াম নুংঙাইত্রমাল্লেবো।

লৈমা— কদাইদগী নুংঙাইগদগে ইবুংঙো। মমা শিরগবু মথরাই নুংঙাইবা হৌনব্রনে। কবোকলৈ। শিখ্রবদি কমদৌনি হললকখো হায়বা য়াবস্থ নত্তেদো। তোকও তোকও কপপস্থ। সংসার হায়বসিদি সি ভাক্তনি। অমুক পোকপা অমুক শিবা ঈশ্বর মাগী থৌশিলনি। নঙ ঐনা তম্বা ওম্বা নত্তকো। ঐখোয় থ্বাই লৈরিদনা করিগী রারিবনো ? কর্ম্মনা কৈদৌডৈ তারবা ?

কবো— কর্ম্ম লোইরগা মতুং নোংমা কোনবগী উসবকা কংলম্লগা হললক্লিবনিনে ইমাসি। ভসি ৭ নি প্যানবা নত্রা ?

ইরাইনি ঙরাং শগোলশেল মুমিংনিদনা উৎসব কংলম্নগা লাক্লিবনি।

লৈমা— কর্ম্মত্থদি নঙগী বাজীত্থনা নীংথিনা কৎপীদনা।

কাবো— ইমাসি পাবত্থসু হাকুম শি মাগী ফিরোই মুমিংতগী ইমা নাবনি হায়। ঐনা সিদগী চৎথিবা মুমিংত্থদগী ৫নি হেক শুবদনিনে ইমানা শিরিসে। কনামতা চঙবিরক্রে ইনে মুক্তারৈগা ঐগা কয়া রাখ্রে। শিরিদো মুংদাং অথেঙ-বদনি হায়বা। ইমানা চাকখিক্তা চাগে ঙসিদি চানিং থক্লিংবা পোকই হাইয়ে। ঐনা চেংফুদা য়েংলুবদা চেঙমু লৈরমক্রে। য়ুম থংনবত্থদা ঐখোয়বু লুনা তোবা হন্নুবা অমা লৈয়ে ইনে মুক্তারৈদো মঙোন্দগী চেং মেরুক অমা পুরুরে অত্থগা ঐনা পরপ-পরপ চৌবী ওৎপীরে অত্থগা ইম্লে। চথোম অত্থমলক হেক শুবদনিসে ইমানা ইক হায়রকপা। অত্থদগী দি কৌব খুমথিদ্রে মমিং উইশিনখ্রে। ঐনা মশা নোমত্থনা ইমা হায়না হম্না হম্না কৌবনি। ইমাসি, ইমাদো অত্থম খুম্নকখ্রিদ্রে। মশাদো উনগা চপ মাম্নরম্লে। ঐনা ইমা শিরেদনা মপান্দা থাংদোরুবা শুমাংদা লেপ্তুনা পাবগী মচাশিংদো কৌবনে কনামতা খুন্নক্কে। অঙাং অমথক্কংনদি কনামতা হনক্লিনরক্রি হায়না খুম্নকএ। উপায় লৈতত্থনা অরাংগী ইনে মুক্তারৈগা ঐগনা ইমাদো শোরো-শোরো লাক্তুনা চিংবোই থাংবোই তৌ-ত্থনা থাঙেনকমদা থম্লে। অত্থদগী অজ্ঞা থোনোত্থ ঐনা

কৌরুরে অহুগ খাঙেনফমদা অহুম লম্বোইরেদনা। পোৎ-লোইববুদি মহোয় মচাশিংহু হুজিল্লরুগা মহোয়না লোইবিরে। মহোয় মতৌহৃদা শুংশিদহুনা ইমা লৈত্রদবু হায়হুনা ইমাগী মফি-মরোল, ইমানা হিপলম্বা রাগী কাংথককহু পোৎলোই বদা ঐনা লোইনা থাদোকখিবনিদনা। ঐনা মৈ থাদোকে হায়হুগা ফিরোল ময়ামদো চিংথোকপদা পুঙো কনেক অহনবা অমগা, ইনফি অহনবা অমগা য়াওরম্মে। অনীহু তনি শোরাৎতা হাপকে হায়হুনা খাকহৌবা চফু চনাই, খরুং ঈশিং খিন্নবা পুল কংনানবী লোইনা ঐনা চেগাই ওনথোকপীরম্লবনি। ইমানা লৈরম্বা শঙ্গোই মচাদো শ্রিৎ নালহৌরবনি খালি তাংহৌরবনি। ঐদি উব্ উরুদে ইমাদো মনাদা সনা মচেৎ অমা য়ানজরমাল্লে। মহোয়না মঙ্গারকপাদা পুবিরকএ। সনাহু কায়থোক্লগা শোরাৎ শোন্দোকপনিদনা।

লৈমা— শিববু তাক্লক্লবস্থ শোরাৎতুদি তাক্লকপা য়াইদনা নঙস্থ। ঐখোয়বু মীনা করি হায়নরমগনি। রা খঙদে হায়ন-রমলোইব্রাও ?

কবো - কদাইদগী তাকউগবনো ইমাসি। মথোং চাবা শোরাৎ মশোন নত্তেনে। মীকা অমতা বার্ত্তোন তৌদে। লাইগী শোইদনবা লৈরম্মীবা সনাদো খিত্তনে কায়থোক্লগা শো-রাৎনি হায়হুনা শোল্লিবা অহুদা য়াওরিবা হায়বু খাল্লি অজ্ঞ' ধোনোগা ঐগনে। অজ্ঞা ধোনোথোয়গী লাইমা'হৃদা

লাইরিক মতেক অমা তারগা, সিধা ১গা কৎলগা ইমানা থনম্বা ফনেক্কা ইনফিগহু হাপ্লগা শঙ্গোম ক্ষের পুখম অমগা শোরাৎনি হায়হুনা অহুম লোইশিল্লবনে। মহুগী শোরাৎ মশোনহুদবু ইমাসিখোয় তাকলকপা য়ারিব্রা হায়বা। অহুনা তাকলক্কবনে।

লৈমা — তাক্লকলবদি ঐখোয়না নমাগী শোরাৎতু শোনবস্তু য়াইদনা।

কবো— য়াই। অহুদা ঐনা তাকলুহুনা কৈদৌরুগনো হায়হুনা তৌরবা।

রাম্বু — ইচে? ফিরোইদি সিদা শোনসিকো। ঐখোয়গীসিদা ঐনা ফজনা কৎকনি।

কবো— মহুদি ঐস্তু পামলিবনিনে। হায়বা ঙমদহুনা তৌবনে। ঐ মুংঙাইহৌদে ঐ ওনথোক্লা পেনখিব্রে। ইমানা শিখিবা মীশিদো। (কপ্পা)

লৈমা— তাইবং মীওইবা হায়বসিদি সি ঙাক্কনি। কনামতস্তু নীংবা থ্ুংবা লৈবা নত্তে। থ্ুংদা-থ্ুংদা পুন্সি লোইখি। কবোকলৈ চৎলো-চৎলো পোথারুরো। রারম্মনিনে।

কবো— নঙ চু চানীংব্রা? চু অহুমথক পুরকপনি। মৈতৈ চুনি হাওনি।

রাম্বু — কদায়দগী? লৈরকলিব্রা?

কবো— লৈরকপা নত্তে। ইমানা থারম্বনি হায় চু কৈদোম মচা অমা হৌরম্মে। মখোয়গী মত্তোগা মুংশিদবনে ইমানা থারম্বনি হায়হুদা ঐনা লোয়না কৈদোমহুমা য়াম্ণোক্লগা

পুরকপনিদনা। কোকথোং অনীনে। সী যৌনা পুরকপদি ওম্মোইদবা অতুদা য়াংঙু বাজারদা লোইনা য়োম্বোক্লমে। কোথোং অনীত্বুদা লুপা ৩০ দা পীথোক্লমলে। সে লুপা ৩০ সিদা লৈরে ইমাসি খর থমজিনবীয়ু। ঐগীদি মফম লৈতে। ঐগী কাসিদি অঙাংশিংস্থু ওহাক লৈতনা চংভি। সে চু অহুমসে য়াম্বুগা গোগোগা অমমম হেক চারো। অতুগনে থরা চাউবা ফজবসিনা ইমাসিগী লাইরিক তাবদা হৈরুক হেক ওইনরো।

(১২)

ইন্দু— ইচেমসি। হো ইচেমসি। ইচেমসি লৈত্রাও ?

লৈমা—হো কনানো ? ইন্দু মখোল মানথ্রেদা। লৈয়ে লৈয়ে ইমুং চংঙকও। নঙ সনাখ্যাশু লৈতেয়ে। লংফৈদা লেঙ-খিয়ে। কনাগুম্বী অমতা লৈতেয়ে ইমুংদা হেক্তা চংঙকউ।

ইন্দু— সনাখ্যা কদায় লেঙখি হায়রবা ?

লৈমা— আ দিল্লিদা। প্রধান মন্ত্রীনা কৌই হায়নে। ওরাং মুংদাং মেসেজ থারকই হায়ত্বুনা ওসি লাক্তবা য়াদে অথুবা ওইরমাল্লে। খঙদেদা।

ইন্দু— ইচেমসি য়ারৌবা য়াদেকো। নোংমতা ইচেমসি উনরগে থনবনি। কুইরবা হাতে-হাতে থিত্বুনা চাবনিনা হায়রবা হেক নানথোকপা ওমদেদো। য়াইদা ইচেমসি।

লৈমা— নঙনা তফিং তফিং হোবে হোবে লাকইসিবু করিগীনো ? কৈদৌরবগে ?

ইন্দু— করিস্থু তৌদেদা। কবোকলৈদো মথোংদি কয়া চাদবনে। অতুগানে মপুক্তি শেংথ্রবনি। হৌন লোমচৎ ব্যাহারকাস্থ থঙমলোইনে। হন্দক মরক ঐনা লাক্লবসে ইচেমসি কিছুনা লাক্তবানে।

লৈমা— করিগী কিবিরিবা ? ঐনা নঙোন্দা কৈদৌরদনা ?

ইন্দু— মীথোং চাদবা মী থাজিল্লকইবা করিগীনো হায়রমগদবা অদুদা।

লৈমা— হৈ-হৈ নংনা হায়রিবসিদি কবোকলৈগী য়ানিনে হা ?

ইন্দু— মান্নে মান্নে কবোকলৈগী য়ানে ?

লৈমা— হৌজিক্তি মা লেন তারবানে লেন। পু-পাং শুনগা য়েক্ল-কপগা নত্রেদো কনানবু মঙোন্দা করি তম্বীরকনি হায়ব গে ? অতুনমি করিস্থু য়ারৌনিংঙাই লৈতে। হৌজিক্তি মহাক য়াম ফরবনি। থাইনগী কবোকলৈ নত্রবনি। ইচেমদি ওস্থোক্লা মুংশিজথরে ইচম হেক চম্মদনা। নঙগী স্নাথানস্থ ওস্থোক্লা য়াত্রে। নথোয়না কবোকলৈ মীরোল থুংদে ইঙাও ঙাওই হায়রিসিবু করিদা হায়রিবনো। মামুক জ্ঞান তাবা লৈতে। থোং থাকপস্থ য়ামনা হৈ হায়না থাগৎলিবনি।

ইন্দু— নত্তে. ইচেমসিথোয়বু মানা থোং থাকপা হাব্রনে ?

লৈমা— করিগী চাদনি। চায় হাউখ্রে।

ইন্দূ— মাবু থোং থাকপা হৈত্ৰনে ?

লৈমা— হৈ হৈ। মুমিৎ থুদিংগী ব্ৰেক ফাষ্ট মাদনা হোৎনরিবনি। ঐথোয়গী রাম্ববুগা নঙ স্নাখ্‌াগদি ব্ৰেক ফাষ্ট মানা শেমত্ৰবদি চাউ হায়ববু য়াদ্রেনে। ভাইখো কবোকলৈ-সিবু নঙগদি করি থোক্লবগে ?

ইন্দূ— ইচেমসি ঐগী নক্লবা মরী শাগৈগী ইবুং ১না পোক্লম্বনি। তাদত্বনা শিরমদাইদা ঐঙোন্দা লুনা শিন্নরমখ্রবা। মমা অপোকপদদি শিন্নরমদেনে মথোং কয়া চাদবত্বদা। তাদদো কবোকলৈগীদমক্তা খনবদা ওনথোক্লা রানা শিখ্রবনি। লৌরী য়ুম্ফমস্থু মমানা য়োন য়োন চাত্বনা লৈত্রে। নক্লবা মরী মতাম্থু লৈতে ঐ নত্তনা, ঐ হায়রা চেঙ রান্দূনা চাবনিনা মাগীদমক মায়পুননা হোৎনবিবস্থু ওম-দে। মরাইবক্তি থীখ্রবা হায়ত্বনি। মাই তলব চাবা থবক মচা ১তং থিরিবসি চহি ৪ পুরা ফারক্লেদনা ফংদব-নি। হন্দক্তি উচিন নাচিন্না ১দি ফাওরক্লে।

লৈমা— করি থবকনিনা।

ইন্দূ— ডাক্তরগী পোৎ লানথোক লানশিন তৌবা পাথোন চৎপগীনি হায়ত্রা গ্রেড ফোর হায়নে মহ্নগী থবকনে। থম্মী হায়ত্বনা থম্বীরমমগা থুৎ চারক্ল মতমদা অমুক পুথোকপিখ্রে হায়ত্বনা রারোরত্রা থন্দুনা হঙ্গৎচবা ওমত্রবা।

লৈমা— করিগী রারোদোরিবা ? পাউহু তাবদা ঐনা হেন্না মুং-ভাইরিবনিনে ইন্দূ। মরাইবক থীরবী কনা হন্না য়েংবদা

মমিদগী হেন্না লৈত্রবী অসিবু নহোয় ঐখোয়না হেৎ-নবীদনা কনানা হোৎনবীগদগে ? ঐম্মু খনবা কুইরবনি থবক মচা অমতং ফংজরবদি মহাক তং তানিসে হায়দনা। রাম্মুগী পাবুংদম্মু কবোকলৈগীদমক ভান চাবা থবক মচা য়েংশিনবীয়ু হায়নানঙনা হোৎনরকপা থবকনা হাল্লেদনা ফরে।

কবো— হাইমা ? ইনে ঐদি নঙ শিৎরবোই নীংঙি শিরমত্রবোরে। কৈদৌ লাকইনো ?

ইন্দু— নঙগী রাঙাং শঙাংশিবু করিনোনে ইবেম্ম। ইনেবু করিগী শিরুদগে হিংহুনা লাকইসিনিনে। ইচেমসিনা মসিবু করম হায়না তিন্নরিবনো খঙব্রেদা। নঙগী থবক্তো ফংঙে মতুগী চে থিনবা লাকইবনে।

কবো— ভেরি গুড ভেরি গুড।

রাম্মু— ইচেবু থবক ফংলবা। তলব চাবা থবক ফংলবা নুংঙাইরেদা।

ইন্দু— ইবুংঙো চেশে সিনিসে অমুক্তা চুমব্রা য়েংঙু।

রাম্মু— চুম্মে। ইচেবু থবক হাপ্লগী চেনে।

কবো— তলবপু কয়াম চাগদৌরিবনোনে ?

রাম্মু— লুপা ৭০০/৮০০ লোমদি ফংলবা য়াই।

কবো— অহুবু য়ৌরবদি হাইফেৎ য়ারেদনা।

লৈমা— ইন্দু নঙগীসিবু শেলকাদি তিংব্রাও ? হৌজিক কাল অসিদি শেল য়াওব্রবদি য়াব্রে হায়নবদাই।

ইন্দু— করিগী তিংদনি ইচেমসি। অতৈগীদি নহাক্না চে থোক-খ্রবনে। মাগীসিমতং চিংথহৌরিবা শেল য়ৌরক্তে হায়ত্বনা মসিনা লায়রবনি মসিনা অনংবনি কনা লৈজত্রবনি হায়কা য়েংবীপোং নত্তে। হৌজিক্তিনে মীশে খেমা দয়া লৈনক্রেনে ইচেমসি। শেল থিনরিবৈদা চে থোকপা খরা থিনখ্রিবনে। হেক পীরুবগা হেক্তা থোরকই চেসে।

কবো— ইনেদি কদাইদগী শেল লৌত্বনা পীজরুরিবা ? কয়াবু পীরুবগে ?

ইন্দু— চিরবা মতমদা শীজিন্নসি হায়ত্বনা নঙনা ঐঙোন্দা সনা থুদোপ মচা অমা থম্মীদনা। মত্থু কায়থোক্লগা পীজ-রুবনিদা।

কবো— কয়াবু লৈরম্বগে ?

ইন্দু— শল অমগা চনীং অনী লৈরম্মে।

কবো — অত্থুদি খুদোপ কোনবা সনাশাবত্বনা চনীং অত্থুম হুরৌ-রেদনা। শল অমগা চংনীং মঙানি হায়ত্বনা কোনখিবনিনে খুদোপতো।

লৈমা — অমা খঙদে অমা খঙদে ননেনা হোংনবিরকইসে মমল য়ামখ্রবনি। হৌজিক মতমদা থবক অমা ফংবা হায়সে থা থা নত্তেকো।

রস্থু - ঐদি ইচেনা থবক ফংঙকপসি ঐনা ফংবমুক সুংঙাইবো। অত্থুগ পোস্তিং অরাপ্পদা তাবসি মতংদি সুংঙাইতে।

লৈমা— অত্থু অদা থিরুবা য়াবা নত্তে। সরকারগী থবকপু চংলু হায় মথমদা চংপা ভাবেদনা। হৌজিমক হৌংদোকউবা য়ারিবরাদো অহানবনি। মতম থরা লৈরগা নঙ পাবুং অজ্ঞাদা ইক্বংলগা হৌংহনবা হায়রক্সুনি। অমকপা ১দা ভানবা।

ইন্দু— ঐনা য়ামনা কুপনা হংলবনি। মথোয় মুপী ময়াম পুম্না লৈমিন্নগদবনি হায় ইম্ফাললোমদগী কবোকলৈ থারগা চংকদবসি ও গুরিম্রাে। মখোয়সুগা পুম্না চংমিন্নবা ইনেনা থিরুখিদৌরিবনি।

লৈমা— চেনবিবগী চেনবিবা ইন্দু নঙনা শোয়দনবা শীনবীরো- নেকো। মরম ওকনা লৈরুগদবনিকো কবোকলে। মী খংন-চৈনবা তোরোইদবনি।

কবো— ঐবুদি লংফৈদা চংতুনতা লৈবনিনা হৈননি। পুজারিদি ঐনা ওইরুবা শোয়ত্রবনি।

( ১৩ )

লৈমা— কবোকলৈ থোম্নকও লাকও বস নংহৌরোই নঙগী নোপা। য়াম্মু জিপ থৌদোরকএ। গোংগোম্মু গাড়ী মপুংদা লৈরে।

কবো— লাকএ ইমাসি থোরকএ।

লৈমা— নঙগী নপোৎ-নচৈদি গুরবরা হা? চিংথ-মানথহোবা লৈত্রেকো। সে ইমাদি নঙোন্দা কাবিসু প্যানিংভাই লৈভে লুপা ১০০ সিদং (পাথা লৈবা) পামরো।

কবো— ( মুমিংলৈমাদা থুরুপ্পা ) । ইমাসি ঐ চংলুথিগে।

লৈমা— ( মকোক্তা নানবীহুনা।) চো চো না-য়েককমুকো।
( কবোকলৈ মপী তৈথোক্লুনা গাড়ী কাখৎখিবা, গাড়ী থোখিবগী মখোল, মুমিৎলৈমা মঙ্গোলদা য়েংহুনা লৈহৌবা এরিয়ান হোল মমাং য়োৌবা গাড়ী থাক্কী মখোল জীবতগী মখোয় ৩ কুমথবা )।

কবো — ( মমিত্তগী মপী তৈথোক্লুনা।) ইবুংঙো রাম্বু ঐগীদি য়ুম ইখোল লৈক্লদেদো। ইমা ইপাম্বু লৈক্তেদো ঐনা করি-গুম্বা জিরিদগী নোংমা ফাদোক লাক্লবস্থ নখোয়দা থুং-লগেকো নঙনা ঐবু ঙসি থিন্দোকপীরকপসে ইচেদি মুংঙাইখ্রে মীগী মমাংদা।

রাম্বু— ইচে ঐখোয় য়ুমদো নঙগীস্বু নয়ুমনে ঐখোয়দা লাক্কনা কনাদা লাক্কদগে। থারিবা বস অসিদি কছারগী ওইরমাগ্লে। জিরিগীদি য়োবু য়োৌরক্রিমাগ্লেনে।

কবো— অদুদি তৈঙহাক ঙাইখি তারিদনা। নঙবু থবক লৈহৌব্রা।

রাম্বু— লৈহৌদে ঐগী হায়ববু ইচে থিন্দোরকপসিতনি। বস লাকপু লাক্লমাগ্লে। ইচে মাংদা ফমহৌনবা কাখৎনবা তৌশি ঐখোয়না পোৎ লানশ্বৎলক্কে। ইচে হন্ন্না কারো। হায় গোগো ইচেগী পোত্তো সিদা পিরকউ। ঐ ইচেদা লানথৎখিগে।

কবো— কদায় কদায় ঐ সিদা ওক্লগে। পোৎ লৌরগা। ইবুংঙো রাম্বু ঐ চৎলুখিগেকো ( কপ্পা, বস থোখিবা, রাম্বুগা গোগোগ য়েংহুনা লৈহৌবা।)

( ১৪ )

লৈমা— নচে কবোকলৈদো ঙসিদি খঙনীং হেক নীংশিংলকইদা। মাবু কমদৌরিবনো খঙ্গ্রে।

রাম্বু— হোয়নে ইচেদো ফনা কুইরে পাউ তাদবা। ঐনদি এম, এস, টিগী ড্রাইভরদা চিঠি পীখিবা ২/৩ দি শুরম্বা য়ারে। রিপ্লাইস্থু অমতা হল্লক্লে। হায়স্থু হায়বনি ইচেদো খরা ঙাওজবতনি মুংদি মুংশিকো। ঐনা মাবু জিবতা এরিয়ান হোল মমাংঙ্কাও থিন্দোকইদনা মহুদা মানা হায়রম্বদো মহোৌশাগা মান্নদে। মত্তিগী মপি তৈথোক তৈথোক্তুনা ইবুংঙো রাম্বু? ঐ চৎলুখিগেকো। ইমা ইচেদো ঐবু য়েং য়েংহুনা মপি তৈথোক তৈথোক চৎখিদো।

লৈমা— খঙদেদা ইবুংঙো। মরায়বক্তি ওস্থোক্লা থীনম্থু তন্নমখ্রবা হায়হু ওইরে। মাগী ব্লারী ময়ামদো ঐগী হকচাং নম্বী-রিবনি হায়হুনা ইনাক্তা ফম্নগা হেক হেক লীনে। মুংদি মুংশিখ্রেদা মুপীমচাদো মানা ব্লাঙাং খোনফম কল্লিবদো তম্বীরক্তদনা তৌরিবনিনে। মানা লৈরক্লিবা ইমুংশিংসে অমনস্থু অমনস্থু মাবু ঙামোক তৌনা লোয়নবিরকপা।

রাম্বু— মানা খর ব্লাইলদ ওইরিবদো ইমা মরমহুননি। অহুবু ঐখোয়না লুম্না তৌবিবদগী ইচেদো খরদি ফওবনি মী মানগ্রবনে ইমা।

লৈমা— নঙ পাবুংনবু নখোয়না কবোকলৈবু মথোং চাদে হায়-রিসিবু করিদগীনো। মহাক ভাব য়াম্না তায় নোংমতা ব্লা অকনবা নত্তবা ঙাঙদে হায়রিবনি।

রাম্বু— ইচেবুদি প্াবুংবু খরা কিয়ে। ময়াম্না অজ্ঞা সারকার, হায়রুনা সলামকা পংতৌ তৌবরুদা।

লৈমা— রিম্না থৌজিল্লকপা মখোদ অমা তাইনে কনা কনা লাকই য়েংঙ্নুনা।

রাম্বু— ঐ য়েংঙুগে হায় ঐখোয় ইচে কবোকলৈনিনে। ইচে হৌজিক্তো ইমাগা ঐগা ইচেগী বারী শারম্মীবনে। মী অচণ্ডবা রা ওাংনগনু হায়রুনে। ইমা ইচে লাকএ।

লৈমা— হা: নচে কবোকলৈ লাকএ হায়বা? কদায় কদায় কবোকলৈ। হৌজিক্তদু নৌপ্নাগা ঐগা নণ্ডগী ঈ-পাউ ১তম তাদ্রে হায়নরম্মীবনিনে। চাক ঈশিং কাক্তি চারক্লরা।

কবো— ইমাসি চারক্লে। অা মুংবাদা চারকপনি। পেসেঞ্জর পুম্নমক শুংবাদা চানে। অদুদা ঐসু চাখোরক্লবা। গোগো লৈত্রা হায় গোগো। লফোই লৌউকাসে থাংজিল্লো। ইমা-সিগী লাইরিক তাবদা থরা থরা কংনবা। বোরা অচৌবদা য়াওরিদো অদুনা ইমাসিখোয়গীনি। অদুগা বোরা মচাহুনা ইনে ইন্দুগীনি ওসিদি ওম্মরোই হয়েং থিন্নুবা হায়বহুনি।

লৈমা— করি করিনোমে নওনা শুক য়াম্না পুরকইসিবো।

কবো— ইমাসিখোয়বু চৈবা ওবোইত্রাও? চৈরাওবগী লাইদা কৃংনবা পোং শুরবনি। খোংত্রম মাইরৈল, কামলা, শরাইগী পুলৈ কোকপোং ১সু য়াওরিবনি কজপ্রবনি পুল্লেদো।

লৈমা— অতেদি লায়রি নওনা ননে ইন্দুগী শরুক তম্মকপসিনা মহেল্লে ঐনা শুংঙাইবসে। মাগী শরুক তত্তনা তমগদবনী।

ননেদো মীরাইগনু। মানা হোৎনবীহুনা নঙ তলব চাবা থবক ফংলিবনিদো অহুনিদনা মী হায়বসে তৌবীমল থক কাউরোইদবনি ইচাসিদি ভাব য়াম্না তারম্মেদনা।

কবে.— ঐদি হান্নদগীসু ভাব য়াম্না তাইনা ইমাসিনা থঙদা তৌবনি। রাম্বু অতৈদি লায়রি ঐগী খুদাং ঘড়ী অমা লৈদবা য়াদ্রে। ঐখোয়গী থবকসিদি হায়বা ডাক্তরগী থবক্লিনা ঘড়ী য়াওদবা য়াদে ঙসি লৈরুগেরা হয়েং লৈবিগেরা ?

রাম্বু— ঙসি থেঙদ্রে হয়েং লৈরসি ইচে ।

কবো— ঐগা লৈমিন্নবা মুপী অমদো চৈরাওবা থোকনি হায়হুনা মহোয়দি ওয়াংনা চৎখ্রবনে। ঐনা শুম থনবদা মহোয়গী মপোৎ-মচে শংহুনা লৈদৌ শরুক ঐসু ইমাসিখোয়দা চৈরাওরুগে ইমাসিগা রাম্বুগা চৈরাও চীক চামিনরুগে হায়হুনা লাকপনিদনা।

লৈমা— সিদা লাক্রবদি কনাগীদা চৎলুনি হায়গে। নমাসিগী মনাক্তা চৈরাওদনা কনাগীদা লাউরুগে হায়রিবনো। সিদা লাওগদবনি ।

কবো— চৈরাওবা মতুং নোংমা নিনি লৈরম্মগা চঙখ্রনি অহুগা নাংঙোল চাকৌবদা অমুক লাকপা।

রাম্বু— নীংঙোল চাকৌববুদি ঐনা ইচেবু কৌগনিদা। ইমাদি ইধৌখোয়দা চৎখ্রনি। তা চাউবসু মচা মুপী চাকৌগদবনিনা চৎখ্রনি। পাবুংগু কনানো ১না মরাইনা কৌজখিনি। অহুগা ইচেগা গোগোগা ঐখোয় অহুম হাওনা চাথোক্লগা লোইরেদনা।

কবো— অহল-লমন কনামতা লৈত্রবদি। ইমাসি চওথ্রবা?
ঐখোয়দি ওা চানুসি চিকন চাসিকো চিকন।

রাম্বু— ইচেন্দি ইঙ্গাং থনবকাদি হৈকো লৈত্যা।

কবো— হৈত্রদি। ঐনা হায়ত্বনা ফত্রাও। হোরেল মুংদাংদিনে জিরিগী মুংঙাই-মুংঙাইবা রারী য়ামলৈ লীবীগে। ঐখোয় ময়াম নোকমীন্নসি হায়বা লোন্দা পুদা জাৎ অমনি।

রাম্বু— ঐদি হৌজিকমক তানংলবনিনে।

কবো— হৌজিক্তি রারেদা বসতুনগা কয়া চিনখ্রে। চৈরাওবগীনি হায়ত্বনা মী হুপ্না থোরকপনে জিরিদা মী ইরৈ লৈহৌদেদনা ক্রিক ক্রিক ইন্নবা গাড়ী তোংলকপত্বদা রারবা। লম্বীনগা কয়াদি শাংখ্রে য়োবা কৌবা লৈতেদো। হোরেল পোথ-রগা লীরগে হায়বকো।

(১৫)

কবো— ( রিক্সো ১না পেৎ-পেৎ খোংবা ইন্দুগী থোঙ্গালদা থাম্বা ) ইনে হো ইনে। অমুক্তা থোরকও? বোরাখাওসে অমুক্তা থাংজিনসে। রিক্সো ভরা লৌরগা চৎখিবা ইন্দু থোরকপা।

ইন্দু— হাইমা কবোকলৈ নঙ ওইরে ঐবু কৌবদি। নঙ জিরিদগী কৈদৌঙৈ লাকই?

কবো— ওরাং। ওরাং লাক্কে তৌবদা থরা থেংদোকখিত্বনা লাক্তবনি ওসি লাক্লিবসিনি।

ইন্দূ— বোরাখাও মন্নুংদগীসিবু করিনো।

কবো— করি ওইনি জিরিবামদগী ইম্ফাং-নাপী খরা পুরকপনিদনা ইনেগা স্নামতুমগা চৈরাওনবা। ( মাঙ্গোলদা বোরাখাও অছু থোক্লুনা য়াওরিবা পোৎচৈশিংছু য়েংবা। কবোকলৈনা মাগী বেগতগী মনিবেগ লৌথোক্লগা পৈশা লৌথোকপা। সে সিনা ঐগী থবক তৌবদা স্না কায়থোকখিবছু লৈপ-শিনবীরো। সে ৫০০ সিনা ইনেগী লম্লোনশেল ওইনরো।)

ইন্দূ— কবোকলৈ নত্ত স্নুক য়াম্না ভাব তারমগনি হায়বদি ইনেদি থাজরুদেনেহৈ নওবু তলব কয়া চাজরবগেনে ?

কবো— ঐদি ঐখোয়গী এম. ওনা য়াম্না মানা ফম কাহল্লে। ঐ এন, এম, এস, ওইরে জিরি হোসপিতালগী থাদা লুপা ১২০০ কংগে জিরিদা লৈবদো ঐদি পৈশা ইতিং তিংদে। মীগী মচা পোকপগা য়াম্না চৎলি ইম্ফাং নাপীগাপুদি শুকলৈবু লৈদে হায়বা য়াই। মখোয়না হাপ্লকপছুনা অছুম্বক কোম্নে। জীরিগী মীনাবুদি ঐবু য়াম্না লুনা তৌয়ে।

ইন্দূ— কৈ-কৈ মীনা য়াবা হায়বসে পাক থোকপা নত্তে। ওসিদি ঐখোয়দা চাক চাগ্রো হায়ববু করি হায়গে। ইচেমসিগী থবক অচিনবা লৈহৌব্রোও ?

কবো— লৈহৌদে। ঐদি ইনেগা ওসিদি চাক চামিন্নগে হায়ছুনা লাক্লগা।

ইন্দূ— অছুদি তান চারেদনা। ( মখোয় অনি ওহাক নোক্লরগা কবোকলৈ শকফম হুজিন্দুনা )

কবো — ইনে ঐদিনে খলু খলুবগা থরায় য়াম মুংঙাইতেবো ।

ইন্দু — করি তৌরে অমুক নঙগী হৌনবা তৌরব্রা ?

কবো — কৈস্থ তৌদে। ঐখোয় ইমাদো স্থম নিংশিংলকপা। হৌজিক হিংহুনা লৈরবদি ঐনা ক্লব চাবা থবক ফং-বসিদা হরাউজগদৌবদো। মাদি য়াম্না য়ানা শিখি সেবা লাংবা তৌবীনবা কনাস্থ লৈখিদে। হৌজিকুম্বা ওইয়ুদনা করিগী শঙ্গোম ক্বের প্রথম ১না শোয়রাৎ শোনগদগে হায়বা। ওস্তোক্লা পাদোন্না শিগ্রেদকো ইমাদো। খল্লবদা ওন-খোক্লা নীংঙমখিব্রেদা ওনথোক্লা পেনখিব্রেদা। ইমা (কপ্পা) মচাগী মুংঙাইবা য়াওজবা ফংদনা মপুঙ্গি লোই-থরেদকো ঐগী ইমাদো।

(১৬)

(জিরিবামগী ডাক্তর খানা কবোকলৈ, নার্স অনী মথং মথং চংলকই। মাগী ফমফমদা ফমহুনা লৈ।

(বেল খিংতি বাবধন পিয়ন চংঙকই।)

বাবাধন — স্যার ঐবু কৌবিবু

এম-ও — কবোকলৈছু থরা কৌরকউ। (কবোকলৈ চংলকই। নমস্তে তৌই।) কবোকলৈ নঙ পুং কয়াদা হোসপি-তালদা লাকই ?

কবো — স্যার পুং ৬ তাবদা লাকচে। স্যারনা তাকপীবা অত্থগা ঐখোয়গী ডিউটি চাতকী মতুংইন্নদি পুং ৬ মথাইদা কার-কল্লগা তরেৎ মথাইদা ফাওবগী মতুংদা মরাং নাইড

ডিউটী তাবশিংগা শিন্নগদবনি। অদুবু থবক শোয়দনবা থরা ওন্না লাকচনি ।।

এম-ও —কন্না লাক্লগা ওরাং ডিউটি তাবশিং অদুগী মতেংকাদি পাং-বিবরা ?

কবো— অদুবুদি স্যার ঐনা লোইনা তৌজরে অম্বুকী থবক পুম্নমক। মখোয়দি গো গো নাখোক্লুনা তুমদুনা লৈরম্মী। অদোবা ময়াম মাই তাবা মী সেবা তৌনবা য়াওরক্কবমখৈগী মচিন ময়া শেংবা, খোংহাম থুংহান্বা ঐনা লোইনা তৌজরে স্যার ।।

এম-ও—ফরে অদুদি। ওাইখো কবোকলৈ নত্ত লাইরিক্তি কয়াম লৈ ?

কবো — কব্রিমতা হৈহতেদা। এম আরদা লৈরিভৈদুদা কায়বা অহল লাইরিক তম্বদুদা য়াওদুনা মৈতৈলোন্দা ইবা পাবা মখৈদি ওমহোরে। মৈতৈলোন্দা ইবা রামায়ন মহাভারতকবুদি লোইনা পাখোক্লপোংনিদা। ইংরেজীদা সহী তৌবদি ওমদুনা তৌজরিসিনি। অদুগা লোলশিদি জাং শুনা লৈ। লোন্নবগী জাংতি লান্বা থিংদে হায়জরিসিনী ময়েক য়াওদ-বনিনা।

এন-ও —ঐখোয়গী দাইরেক্তরদা হায়জিল্লবা য়াওরবরা করিনো ওরাং চিঠি অমা ইরকইনে ? এম-এস-এন গী অতাওবা ফমদুদা হাপ্পিবা মুপী অদুগী ইডুকেশনগী সার্টিফিকেট পীরকউ হায়রকই। মসি হায়জিল্লবা মী য়াওবা তাইদা।

কবো— য়াওদদি য়াওদনবু অদুম হায়না ইরকইবনি। ঐদি মদু হায়রমগদবা মীশক থংডি।

এম-ও—কনানো ? নঙনা খঙ্‌ঙিছু হায়য়ুদনা।

কবো—কনা ওইনি। মীকোইনিদনা। মীকোই নত্তনা অতৈ লৈতে। মখোয় অনীনা ব্লারী শাবদগী খঙবনি।

এম-ও—করি হায়না মখোয় অনী ব্লারী শানরিবা ?

কবো—মীকোইনা হায়মি স্যার ? মী অচৌবা মমৈ মকোক খণ্ডহল্লোই মঙোন্দগী হেন্না চাউবা অমদা হাপ্লগে। মহৈ হৈছবা ইবা পাবা থোক্তবা সার্টিফিকেট য়াঙদবা অমবু ফম হেক্তা হাপচিল্লি থবক ফৈ মানা হায়বা ইল্লি হায়-ছুনবু। ব্লাফমসে ঐ তুমখ্রবোই নীংছুনা মানা চাক থোংলগা থাগোইনা ইঙ্গাং শেমছুনা মখোই অনী ব্লারী শাবনে। অছুনা তাবনে।

এম-ও—চুম্মী মীকোইনদি নঙবু কয়া মুংশিদে য়ানীংদে হায়বা ঐ খংঙি।

কবো—ঐনা এ-এস এম ওইবা মুমিত্তগী ঐবু তোঙান চাহল্লে। মখোয় অনী অমা চারিয়ে। ফনছুম ফরে ইঙ্গাং নাপী থাও থুন য়াম তিংদ্রে।

এম-ও—অছুবু ডাইরেক্তরনা নঙগী সার্টিফিকেট কপি অমা পীরকউ। নিয়ম চুম্না তোঃহোবনা ফৈ হায়রকইবসি কমদৌশিগে ?

কবো—সার্টিফিকেটপুদি লৈনে। য়াগনি য়ারোইদি খঙদে।

এম-ও—কনাগী সার্টিফিকেটনো ? ক্লাস কয়াগীনো ?

কবো—ঐগীনিদনা। ক্লাস আইটকিনে ?

এম-ও—করম হায়না লৌরিবা ?

কবো—অদুবুরাও ইনে ইন্দুদি য়াম য়াজদে। মীনা খুঙনরক্লগা চোপকনি হায়দুনা। মীসু য়াম লৈনৈ হায়দুনা ঐসু অমা লৈহৌই লুপা ২৫ পীদুনা ইনে ইন্দু খঙহন্দে মানা য়াদবদুদা। কান্নবা কাল লাকনি হায়দুনা ঐনা লৌহৌবনি।

এম-ও—মদুবু নঙ জিরিদা পুরকপরাও ?

কবো— পুরকই। শাগোম্নদবা য়াদবা।

এম-ও—অদুদি নঙ হয়েং পুরকও অদুগা ঐঙোন্দা পীরো। কপি লৌথোক্লগা নঙোন্দা ওরিজিনেলদু অমুক হল্লকনি।

কবো— ফগনি স্যার। পুজরক্কে।

এম-ও—নঙ থোকখ্রো য়ারে।

( কবোকলৈ থোকখিবা। এম-ও বেল খিংব বাবাধন চঙঙকপা ) তা-বাবাধন। মীকোইগা থাগোইগা কৌরকউ। ( মীকোইগা থাগোইগা চঙক্লুনা গুড মোর্নীং স্যার হায়বা। এম-ওনা ওকপা )। মীকোই নঙ পুং কয়াদা কারকই।

মীকোই—মতম চপ চানা কাজরকই স্যার।

এম-ও—থাগোই নঙদি ?

থাগোই– স্যার ঐসু মাগা লোয়ননা লাকচৈ।

এম-ও—এটেনদেন্ট রেজিষ্টারদা নখোয়না লাকপা মতমদুদ শহী তৌশিনবরা ?

মীকোই—ওসিদি ঐখোয় অনীমক অনাবনা কৌরকপনা হান্দুনা শোই তৌজহৌদ্রে।

এম-ও—ঐনা পুং ৮ তাবদা রাউন্দ চৎলি। নিপাল মথাই তাবগী

অত্থরাইদ। এটেনদেন্ট রেজিষ্টারদা য়েংঙি। য়াউন্দ চৎপা অত্থদস্থ নখোয় অনী উদে এটেনদেন্ট রেজিস্তারদস্থ সহী তৌরমদে।

থাগোই—মতুং মনাও তৌজরোই স্যার। হয়েংদগীদি মতম চানা চানা কাক্করক্লগে হন্দমুক্তি ঙাকপীরো।

এম-ও—ফরে ফরে নখোয় শোয়রে লাল্লে হায়বসিদি নখোয় য়াজরেদনা।

থাগোই+মীকোই—য়াজরে স্যার।

এম-ও - হন্দকমুক্তি ঙাকপীরগে মতুং মনাওদি নখোয় খক থেংনা লাক্কমুকো। অনাবা অকনবস্থ লৈদো। হোসপিতাল বদনাম তৌহনবা য়াদে। অত্থগা অমনা নখোয় ডিটটী লৈতবা মতমদা মুপাশিংগী কাটরদা চৎতুনা মুমিদাংদা চাকচা হৈজানবা জুরার শান্নবনচিংবা তৌই হায়বা রাকম অমা তায়। মত্থগুম্বা রাকম অত্থ অমুক হন্না তাহনগনু। মুপীদি আউট পোষ্টতা লৈবসে য়াম চেকশিনগদবনি। খুদোং থীনিংঙাই বদনাম চানীংঙাই ঙাকেনি খঙঙব্রা? (থাগোই+মীকোই অনী থোকখি। মীকোইদি থরা শাউবা মাল্লি মাইথোংত্থ।)

( ১৭ )

জিরিবামগী ডাক্তরখানা। এম-ওনা মাগী কাদা লাইরিক শুরি ফমত্থনা।)

কবে — স্যার অমুক্তা চঙজরক্কে।

এম-ও —চংঙকউ য়ানি।

কবো— স্যারনা ঙরাং হায়বা সার্টিফিকেট অদু পিদা লৈরে।

এম-ও —মসি ফোটোষ্টেট কপি লৌথোক্লা ডাইরেক্তরদা থাখিবা হায়বতুনি। মসি লৈরব্বা ফগ্রেদা। ( বেল খিংবা॥ বাবাধন পিয়ন চংলকপা॥ বাবাধন হেড ক্লার্ক কৌরকউ। ( হেড ক্লার্ক চংলকুনা। )

হেডক্লা —স্যার ঐবু কৌবিবরা ?

এম-ও— সে সিমতা ফোটোষ্টেট কপি লৌথোক্লবা তৌ। লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরকউ। ( হেড ক্লার্ক লৌরগা থোকখি।

কবো— অমসু অমসু ফনবা স্যারনা তৌবিরো। মীকোইমা প্রমান পানথৈ তৌদুনা ঙাংবসি ঐ কয়া মুংঙাইতে।

এম-ও —করি হায়না ঙাংলিবা ?

কবো — মী সার্টিফিকেট পায়দবা, মহৈ হৈতবা ময়াম কম তাবা মিৎ থিৎনা য়েংগে। অচৌবসু মরাইনা চোপচনি কৈদৌজরনি কা হায়দুনা মহানি অদু নত্তবা ব্রা য়াম্না লৈদা স্যার। ঐদি খর মীথোং চাত্রবসু মহোয়দৌনদি তৌদেদা স্যার।

এম-ও—নথৌদা কজ ফজনা তৌ। অদুগা লোইরে। করিমতা মুংশা থীরসু ঐ লৈরি।

কবো—স্যার অদুদি ঐ চৎলগে ?

এম-ও –চৎলো চৎলো।

( মীকোই থাগোই অনীম্নু মফি মরোল তোংদোক্লদুনা দিউটি লোইরদুনা ডাক্তরখানাদগী ময়ুম পাংখ্রে। লম্বীদা মখোয় অনী রারী শা শাদুনা চৎলি।

মীকোই—থাগোই ঐদি মী ফুনীংঙে।

থাগোই—করিগী মী ফুনীংলিবা ? কনাবুনো নঙনা ফুনীংলিবো।

মীকো—কনা ওইনী ঐখোয়গা লৈমিন্নরিবা মুপীদো। মা লৈবসে কাঙ্খাদা লিন চঙবগা চপ মান্নরবনি।

থাগো—ইচেনা করি তৌরবগে ?

মীকো—কৈম্নু তৌদে। ফুনীংবা।

থাগো—ফত্তেদা আউট পোষ্টা লৈরগা। মুপী মশেল লৈমিন্নরগবু।

মীকো—অদু অদা খঙদে। মীকোই হায়না ফাওরিবনি। মীং তাবদা মীনা খি খি কিনরিবনি। ঐগী ইগুন খঙদমাল্লে মখোয় তপতানা ফুরবতদা মরীল চুম্মকদৌরি মীশিংসে ?

## (১৮)

( মুমিদাং লম্বীদা অহিং অথেঙবদা মুপা খরনা মীকোই অমস্নুং থাগোই খিল্লকই। মিকোইগা থাগোইগা রারী শারি ॥ )

মীকো নহান নোংমা এম, ও না এটেনন্দেস চেক তৌবা মুমিৎ অদুদা ঐখোয় অনিবু খরা চৈখিদনা মুপাগী কাটরদা চৎতুনা চাক চানৈকা হায়খিদনা মদু ইচে কবোকলৈনা এম, ও দা শোইদনা তম্মগনি।

থাগে।—কদাইদগীনোদা ঐদি থাজদে ইচে কবোকলৈনবু মহু তম্নম-গম্রনে।

মীকো—থাজৌ থাজৌ ইবেম্মা ইচে কবোকলৈসে তৌ ঙমগ্রপোৎনি অা আসাম চা বগানকা থ ৎনা চৎলুরবা মুপীনে।

থাগো—করম্বা কান্দা চৎলুরিবা মাদি।

মীকো—ঐখোয় অসিদা থবক চংত্রিঙৈদা মহা দ্বীপ পুবীনে তৌঙম-থ্রপোৎনে। সিদদবু মানা অফ শারহুনা তৌশন্নরিবনে।

থাগো—ঐদি ইচে কবোকলৈগী মরমদা অফবা নত্তনা ফত্তবা অমত্তা তাদেবো?

মীকো—হোয় হোয় ইবেম্মা নহোয়দি তারোইয়ে মীনা ঙাংনবা ময়ামসে।

থাগো—তাদ ঐখোয় লৈহৌরগে হৌজিক্তি কিদরে কোনথোং লানশিল্লবনিনা।

মীকো—( থোং দং দং থিন্দুনা। ইচে কবোকলৈ থোং হাংদোকও ঐখোয় লাক্লে। ( কবোকলৈ তানা তানা খুমদে টেবল ক্লোক ১দা টোশলাইট কাপ্তুনা পুংশিং য়েংই নোংয়াই মতুং পুং ২ তাগদৌরে মপান্দগী থোং দং দং থিল্লি কবোক-লৈ খুমদে।

মীকো—ইচে কবোকলৈ থোং হাংঙরোই হাইরিব্রো?

থাগো—ইচে কবোকলৈহুবু ফনা য়াম্না কৌরে শুকখুম খুমলক্কে তুমথখিবা তাঙ্গা ওইবনা তৌবরা কৈনো।

মীকো—কনানা থংবনো মঙলারুহুনা শিরবা জাৎলা কৈনো।

কবো— ( রাকম অতু তাবদা ইমুংদগী ।। হৈ নচিন্দু খিমু লৈশাবী-নবু মুংদাংদা কোয়না মুপা থিবা চৎপরো তানা তানা ঐনা খুম্বীদবনিনেহৈ নখোয়গী নরমচৎতু উবদা ।।

মীকো—ইচে কবোকলৈসে নচান য়াম্না থিনা।

কবো— ঐবুদি চিনথিবী হায়গে হায়জৌ চিনগনবী হায়গে হায়জৌ ঐবুদি হাংদোকপিগেনে। নহোয় লৈশাবীনবু মুংদাং মুপা থিম্না চৎপাসিদি ঐদি হন্দক উরিম্না অ'সি'নি। মীগী মমাংদা ইকায়জারো মৈতৈ নুপী চেম্ববা থবক তৌগমু হায়বা ।।

( খোং হাংদোক্লবা মতুংদা মখোয় অচুম ফুনবা ময়োল মরি য়াম্না লোমৈ। মীকোইগা থাগোইগা মীচং ওই। থাগোইনা কবোকলৈবু মথুৎ ফাজিল্লি। মীকোইনা ইনথুই কবোকলৈ লৈবাক্তা ময়াংলেন্দা নেৎতুনা ফুই তোংডি। লরাইদা হেয়ারপিম্না খুম্না য়ৈশিল্লি। অতুদগী কবোকলৈ রানথখি। শাথীনা অমী চঙতুনা ফুখিখি। কবোকলৈ রানথখ্রবদা মখোয় অমী মুংশা থীবগা লোয়ননা লরাইদা ঊশিং য়ৈখি। থাগোইনা শ্বর হোনব্রা য়েংউ হায়খি। মীকোই খুমদনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি। )

(১৯)

চাউবা—অজ্জাইবেস্মা ? ডাক্তরগী গাড়ী অঙৌবা ১ ঐখোয়দা থৌজিল্লকএ। কনা কৈদোবা য়াওরবগে ?

লৈমা — কনিনো কনা কৈদোবা য়াওরবগে হায়বদো থোক্তুনা হাংওদনা ?

ত্রাই— ইমাসি ইবেম্মাবু লৈহরা ?

চাউ— লৈ। করিগী ওইরবনো ?

ত্রাই— ইবেম্মা কবোকলৈদো য়াম্না কন্না নারদুনা মানা শিরবসু ইমাসিগী মনাক্তা শিজগে থিনবিদু হায়মন্দুনা ঐথোয়গী এম, ও সাহেবনা ইস্ফালদা হিদাক লৌগদবসু লৈ নত্ত খর থিনবিরম্মু হায়দুনা ঐনা পুক্তরকপনি। হৌগৎ কাংথৎপা ডমদবদুদা নর্স ১গা লোয়নমনা এম্বুলেন্সতা লাক্লবনি। এম, ও সাহেবনসু চিঠি ১ ইমাসি ইবেম্মদা ইরকই। সে সি অমুক্তা লৌশিনবীয়ু।

চাউ -- ইবুংঙো রাম্বু সোমদা অমুক্তা।

রাম্বু— করি হায়গে। তা চাউবা।

চাউ— অথুবনে। নচে কবোকলৈদো হৌগৎ কাংথৎপা ডমদনা নাদুম্না ডাক্তরগী গাড়ীনা থিল্লকএ সে চিঠিসিসু এম, ও না পীরকপনি হায়নে। ইমাসিদা অমুক্তা হঙ্গৎলুনে। সে।।

রাম্বু— কদায় ? ইমাদা পীক্লগে। ইমা-ইমা ইচে কবোকলৈদো নারে হায়দুনা ডাক্তরগী এম্বুলেন্সতা থিল্লকএ চিঠি ১সু জিরিবামগী এম, ও না ইমাদা ইরকপনি হায়য়ে ঐ পাগে তারো।

ইমাসি ইবেম্মা।

ইমাসি ইবেম্মগী মকমদা হঙ্গৎচরি কবোকলৈনা নাহিবদি ভাওনা কৈন্দা মাবনি। মাগী প্রেম অসি যেরা

থরা লৈরে। ঐনা য়েংবা য়াবমখৈ য়েংজরবনি। কোক মন্নুংগী লাঈনা ওইবনিনা সিদা য়েংবদা থরা লুনা থোক্লে। মাগা লৈমিনবা ন'স অনীহুন। থোংবা থাকপা পীজবস্ হু হাপ্পী মাবু হাংকদবগীনি হায়ত্থুনা চাউ হায়বা য়াদে। চাদবদগী মশাস্ নোংমা নোংমগী শোক্সিল্লবনি। মত্তাক্লা শিরবস্ ইমাসি ইবেম্মাগী মনাক্তা শিজগে ইমা-সিগী মনাক্তা থিনবীয়ু হায়মন্দুনা ওসি থিলহনথিবনি ন্নারৌবিবা য়াদে।

লৈমা— ইবুংঙো চৎলো নচেদো ন্নারম্মনি মশাগা ওমদ্রে লমশাং গাড়ী তোংলকপদা মীবুস্ কুইনা ওাইহনবা চুমদে। নও তাচাউবগা গোগোগা থ‌ুনা নচেগী কাহু শেংদোক-হল্ল‌ু। ইমাস্ থোরক্লগে।

রাস্থু— ইচেসে ষ্ট্রেচরসিদা সুম থাংওসে। গোপো, তা চাউবা থরা পায়রো লাউও।

লৈমা— কবোকলৈ নওবু নশাদো য়াম্না ওমত্রবরনে ? ইমাসি লৈরিয়ে, নপ‌া রাস্থুস্ লৈরি নও পাবুং আজ্ঞা লৈরি নওগী কৈস্ ন্নাত্তেদা ॥

কবো— ইমাসি। ঐ ইমাসিগী মনাক্তা শিরবস্ ইমাসিগী মনাক্তা শিজরুরগে লাক্লবনে। ( নাহেবা )

লৈমা— করিগী শিরুগদগে মরাইনা ফজরককনিদা। ডাক্তর অহেবা ১ কৌহনগনি নও পাবুং আজ্ঞাবু অঙ্গুগা য়েংহনস্ ওাইদনা ইচাই কৈস্ ন্নাথতেসে ন্নারুস্ শিরোইদা। সে সিদা

ছিপথরো নশাদো ত্তিংথোক্লুনা ছিপ্লগা খরা ফরক্কনি।
লমশাং গাড়ী তোংলকপদা চোকথহনা তৌরিবনি।।

চা থক্কেরা শঙ্গোম থক্কেরা অশাবা ১তংদি থকসিদনা।

কবো — ইমাসি ঐ করিমতা চানিংদে থক্লীংদে। কোকসে মুংঙাইতে মিৎসিদা করি করিনো পংউদা উইদা পাবুংগা ইমাগম্মু তত্তনা উই ইনাক্কা লাক্লুনা ফম্নে রাম্মু ঙাঙদে ঐঙোন্দা য়েংদ ময়েংঙি।

( চোরোল লোল্লকপা )

হৈ চন্দ্রাননুবী ছিংচাবী মানা ঐগী নঙ্গন্দা তোংহনা মখোয় অনী চংহনা ঐবু ফুবদো। লুচিনগী শম কোক্লা ফোইখিবা। লাকচনা তৌখ্রেদা মখোয় ২ শুহনা তৌখিবনিকো। অমমমতা থাদোক্লরবদি কদায়দগী মখোয়না লাকচবা ঙমগনি সেরা। শম ফোয়বা ফুবতা নত্তনা মীকোই হায়বী লমছুই মানবীদো অহনা মাগী হেয়ার পীন অহনা ঐগী লরাইদা থুম্না য়ৈশিনবা অহুদা ঐ অহুম জ্ঞান তাদনা রাম্মুখ্রবা জাৎনিদনা ঐনা জ্ঞান খর খর তারকপদা মখোয়না ঐবু মমিৎ মনা চপ য়ুং য়েংহনা ঐগী সেবা তৌহনা লৈরম্বদো খঙঙে খঙঙে মখোয়না ঐবু হাংকে তৌবনে। অফাওবী তৌঙম্বীদো, অকোকশাদো, লৌত্রাওবীদো, মীহীংচাবীদো মীকোই হায়বী নাউশেক্কো, ঐনা করিগুম্বা শিরম্বা থোক্রো মখোয়

ফাঁসীগী শগাই কাবদি শোঁয়দ্রবনি। শিন্নমদবগী কাদবনি হায়বা। ঐদি চুম্না হায়বিবনি মখোয় লৈশাবীনি নুমুম নকে পান্দ্রিবী ঙাক্তনি থনাগী কাটর পাথংঙাক্তা লৈবত্নুদা মুংদাং চৎকমু। থেংনা হল্লকমু নশা মাঙজনি হায়বিরগা মখোয়না ঐবু ফুরিবা করিগীনো হায়বা। ঐনা অহল ওইহ্নুনা লৈবনিনা ঐঙোন্দা তারকনি হায়বতনি। অহ্নুদা মখোয় অনী চংঙহ্নুনা ১না ঐগী থুৎ ফাজিনবা অমনা ঐবু ফুবা। পেন্না পেন্না চৈ চৈহ্নুনা ফুখিবদো চাকথ্রেদা থঙগনিদনা থাঙনা মঙক্তো থবৎ থবৎ কককে হায়বা। ঐগী লুথমদা থাঙ মচা ১তং থম্বকাও ইচে কবোকলৈনা ঐখোয়বু থাঙনা কক্তুনা হাৎকনি হায়না কোইতান তান্নরে হায়শিন্দুনা থনাবু হেক লোইনখিবা। করি লীলোং চঙীংদা লৈবী মীকোই হায়বীদো তৌঙমল্লজাংনি দ্বীপ পুবীদো ঐগী লৱায়দা হেয়ার পিন্না য়ৈশিনবদো মানে মা ঐ থঙাঙ। এম, ও না ঐবু থবক ফৈ চেকশিল্লি হায় থাগৎপহ্নুদা ঐবু মানা কল্লকপা। ঐঙোন্দা পিন য়ৈবা মখুক্তো থাঙ অথৌবসিনা মতুপ মতুপ হেক ককথৎপা মহ্নুতদা ঐ পেনগদবনে। মহোয়না থীনা ফুবিমন্দুনা ঐ নারে হৌগৎতুনা চৎ ঙমদ্রেদনা কুমশীগী নীংঙোল চাকৌবা চৎপা ঙমদ্রে হায়বা। রাম্বু ইচে লাক্তবা য়ারোইকো হায়হ্নুনা চিঠী থাও ৩/৪ রক ইরকথিবনি। চৎত্রবনিনা ইমাসিদমু ঐ শোয়দনা লাকনি হায়রমমি অহ্নবু চৎদ্রেদনা, ইমাসিনা কবোকলে মচিন থী হায়মরমগনিদো। ঐনদি

ইমাসি, রাম্বু, ইনে ইন্দু মখোয় ৫না মী খৎনরুরিবনো ফুনরুরিবনো হায়না চৈনি হায়দুনা কিদুনা তাকখিদবা।
ঐ মী হাৎখিন্রিয়ে। মীকোয় হাৎখিনিয়ে মতুপ মতুপ কক্কে থাওনা ( তেংথাদুনা কপ্পা।)

রাম্বু— ইচে কৈদোরবগে ? করিগী কপ্পীবনো ?

কবো— কুপতেদা, করায় কপ্পীবা। কোকশে য়াম্না শারেবো ইবুংঙো গোগো অমুক্তা কোবীয় কোকসে ষ্টিশিং খিৎতা হৈহনগে ?

লৈমা— কবোকলৈ। নওনা চৌজিক লোনখিবা ময়ামদু করিনো ?

কবো— ঐদি কৈজুম হায়খিদেন্না।

রাম্বু— ইচেবু আদা মী খৎনরুব্রাও ? ফুনরুব্রাও ?

কবো— কুনানা হায়রিবা ? নহোয় তাবরো।

রাম্বু— ইচেনা তৌবা থবকপু করি তাদনি হায়গে। লোয়না হেক্তা তায়য়ে।

কবো— নহোয়নদি মী খৎনরুম্মু মীওন্দা থীনা হায়রুম্মু ফজ ফজনা তিন্নো হায়দনা মদু কাউদে হায়বা অদুবু নোংমদি শাও-নিংমনখ্রদুনা খৎনবদা নুত্তনা ফুনরুবা।

রাম্বু— কনাগা ?

কবো— ঐগা লৈমিম্নবা নন্দ ২দুগা।

রাম্বু— এ কুরি মরমগীনো ?

কবো— মরম হায়রবু ঐগা লৈমিম্নবা লৈশাবী ১ দো অতৈ নার্সকা মাম্নদেয়ে রাম্ন খৎলে। ঐন্না মখোয়বু খৎলে হায়দুনা থরা চৈরুরে অদুদে ফুনবন্নিদা ? মখোয়দি ২ গুইন্নো

অহুদা ঐবু মহোয়না থরা হেন্না ফ্খিবনিদনা ঐস্ত ফ্হৌদবদি নত্তে। অহানবদা ঐনা মীকোয়গী চায়রুংদা থুৎতুম্না থোম্বহুদি ৪/৫ রক মহাক লৈপাক্তা তুবনিনে।

লৈমা— ঐখোয় থ্াই লৈরিডৈদা ইচাবু মহোয়না পংলাক লাকচবা য়াব্রাও ? ঐখোয়দা নওনা তাকলক্রিবা করিগীনো হায়বা ? নগু প্যাবুং অজ্ঞ:দা হঙ্গৎলগা লোইরে। মী ২ চংহুনা হাৎকে তৌরম্নে হায়হুনা থানা তাক্লগা জেলদা থম্লগা লোইরেদনা।

কবো— খগুদেদা তাক্লম্মসু থরা ফগদবা ইমাসিনা করিগী মী খৎনক্লরিবনো চৈরককত্রা হায়হুনা কিহুনা তাকলক্তবনিনে ইমাসি। নীংঙোল চাক্তৌবগী ইঙ্গাং অহাওবসু চাহৌত্রেদনা।

রাম্বু— ইঙ্গাংহুবুদি হুজিকসু চাবা য়াইদা ঐ লৈরিসিদি। ইচেনা মী ফুনরুব মতমহুদা ঐখোয়দা পাউ ১তং হায়রক্লম্নবদি ফদবা। ঐখোয়সুক য়াম্না লৈরিবু মহোয়না ইচেবু পংলাক লাকচবা য়াই হায়ব্রাও জেলদা পীরমদৌনে।

লৈমা— কবোকলৈ। পোৎথাহৌরো পোৎথাহৌরো য়ারম্মনি। নগু করিদি চানীংই চানীংবা অমতংদি হায়য়ুদনা।

কবো— ইমাসি রাম্বুগা ঐখোয় অনী অমুক্তা থম্নরকখিগে। অহুগা হায়রক্কে।

লৈমা— হোয় হোয় নচিন নপ্া থম্নরকও ঐ চৎলে।

কবো— ইমাসি থোকথ্রব্া ?

রাম্বু— থোকখ্রে। হায়রোদনা ইচেনা চানীংবদো।

কবো— চিকন।

রাম্বু— অদুনা লোইরব্রাও?

কবো— ইঙ্গাংদা চায় হায়ব্রা? মতুগা কোন্নবা পরোথা থা থা লাউবা মরু মরাং শুনা থাকপা গরাঘীদা হৌবা অদো চানিংঙি।

রাম্বু— চারগা লোইরেদনা। চাবদি মুংদাং চাবা তারে চিকন য়াওরবনিনা।

( মুমিংলৈমগী কা। মমা-মচা রারী শারী )

রাম্বু— ইমা, ইচে কবোকলৈগী অনাহসে? ফগদবা মান্দে। মাগীসি ব্রেন খরা শোক্লমাল্লে। মানা চোইরোল হেক হেক লোল্লিবসি বেনগী বেরা ওইরমগি। ইচেগা লৈমিন্নবা মুপীশিং অদুনা লরাইদা হেয়ার পিন য়ৈশিনবি হায়দু চুম্মতাই এৈনা খংনীংদুনা মাগী লরাইদা মাদুনা য়েংবনে। খর তংদুনা লৈবা থেংনৈ। ইচেনসু মকম য়েংঙু হায়দুনা তাকএ। মুপী অনীদু চঙদুনা খরা থীনা ফুবিখ্রমাল্লে। খল্লুবদা মুংঙাইখিদ্রে। মাই কনা লৈতে হায়দুনা উশিংতবনিদা।।

লৈমা— অদুবু হৌনব্রা হায়বা। মীওইবগী শাজংতি নত্রেদনা তৌরিদো। নচেনদি পংকায় কায়রমগনি হায়বসি ইমা থাজদে। নচেনা হায়বা চুমলমগনি মুপীশিং অদো পংওক ওকপা মীতাদি ওইরমলোই। নচেনদি ঙাংবদা বেক

য়াওদৱমিন্না মথোয়গী মরমচৎ অশেংবত্থু হায়রমগনি অত্থুদা শাউবা ওইরিনি। ডাক্তরনবু করি হায়রম্বগে ?

রাম্বু— ডাক্তরনা হায়রম্বা হায়ববু ফরক্তবস্থু কয়া মথোং চাররোক্ই। নৌরিক্তেদা য়েংক্লৌরমগদি থর থম্ননীংঙাই লৈ। বেন মঙ্গংদা ঈ তুংশিন্দুনা লৈরমগল্লা হায়নম্বু চিংনে হায়রম্মী। ইচেগী লরাইদা হেয়ার পিন থুম্না ফৈশিল্লি হায়বত্থুগী মরমদম্ভ ডাক্তরনা য়াম্না কুপ্না ইচেদগী হিইরী লোয়ে। অত্থুগী মতুংদা হায়রম্বনে।

লৈমা— ঐদি ইক্লাওবু কাউই। নচেনা লাকপসে ওসি তরানিমুক ফারম্মনি হায়বা নোংমত্তবু নীংখিংলুদে ননে ইন্দুদা পাউ ১ পীখিবদি চুম্মীনে। হয়েং করিগুম্বা ফত্ত মুংদা থোক্লরদি ননেনা রারোখিনি। গোগো থারগা ননেত্থু থরা কৌহল্লু।

রাম্বু— গোগো নঙ ইনে ইন্দূগী ময়ুম থঙশিংদনা। ইনে থরা কৌরুচো। ইনেদা হায়রম্মু ইচে কবোকলেত্থু নাত্থুনা ফিরিদগী গাড়ীনা থিলকই। রায়া কয়া নাবনি ইনেবু লাকউ হায় হায়না হায়রম্মু ক্লো শোয়নি। ভাব তারেকো।

লৈমা— ইবুংঙো। নচেগী থনবদা ইমাদী মুংঙাইখিল্লেদকো কনা লৈজদবীসি হায়ত্থুনা তুহৎপীবকপসে। নঙ পাবুংসু য়ুমগী মথাক্তা তুহাক্তা লৈল্লে ইলেক্ষনগী ভাস্থন পীদৌরিনি হায়ত্থনা মনিপুর থুংনা চৎতুনা লৈল্লো।

রাম্বু— ইমা ইচেনা লোল্লীবা চোইরোলশিং অসিদা মী হাংকনি থাঙনা কক্লুনা হাংকনি হায়বসি য়াম্না তোয়না হায়। মামা হাংনিংলিবসি মীকোই হায়বদু ওইবত'য় মানা ইচেবু খরা থীনা তৌবীগ্রমাল্লেনে। ইচেনা চোইরোল লোল্লকপদা ঐগী কনাসু লৈতে হায়দুনা উশিংত্রিবা নত্রদো নখরাইদু হেক লৌরগা লোইরে হায়নে তাবদা কয়াদি মুংঙাইখিদ্রে, এ ইনেসু য়ৌরকএ ইমা ॥

লৈমা — ইন্দু নঙ য়ৌরকএ। চঙকউ চঙকউ। কবোকলৈশে নাদুনা তাদগী খিল্লকইনে মাগী অনাবসি কোককী বেরাদগী তৌবা ওইরমাল্লে। চোইরোল পারোল পংলোন্দা লোল্লি। মাগা লৈনিন্নবা মুপীশিং অদুগা খংনৈ ফুনৈ হায়বা করিনো অদুদা মাদি মতোমতনিনা মখোয় ২ চঙদুনা খরা থীনা ফুবিরমাল্লে। লরাই লৈফুদা হেয়ার পিন অশাংবদুনা থুম্না থিংজিনবী হায়নে। অদৈ ৫/৬ নি হৌগং কাংখৎপা ঙমদনা নারুরবোয়দনা। ঐখোয়না করিগী মী খৎনরুরিবনো চৈরকনি হায়দুনা তাকলক্লবা ওইরমাল্লে। ঐখোয়বু কিদুনা তাকলক্লবনি হায়নে। ওনথোকপা হায়বদুনি। চংলো মাই মনাক্তা ঙহ'ক্লং চঙঙসি।

হন্দু— কবোকলৈ। ইনে লাক্লে। নশাদু খরা মুংঙাইরবাও।

কবো— ইনে ফম্মু ফমুংদা ঐগী ইনাক্ত। হকচাংবুদি কদাই মুংঙাইনি হায়গে? মুংঙাইতে। ইনে লিলোং চজীংদা

হুপী মীকোই হায়বীদো ইনেগা থেংনবরা ? উন লাক্লবরা ?

ইন্দু— ইনেগদি থেংস্থ থেংনদে উস্থ উন্দ্রে। মাবু হংববু করিগীনো ?

কবো— মাদো। তৌওস্নীদো থাওনা মতুপ মতুপ কক্লগা হাৎকে হায়না হংভিবা ?

ইন্দু - হায়হৈদেনে করিনো ? অতুম হায়বা হৌনদেদা।

কবে— ঐগা লৈমিস্নরিভৈদা চাক্তা হু হাপচিল্লিবনে ঐবু হাৎকদবগী অদৈ খঙক্লনা ঐনা নাত্নুা থা ৫/৬ লৈবদো মখুৎ চাবিদবা। পৈশা কয়া তিংখ্রে হোটেলদগী লৈ চাবদা মীকোই হাৎকে।

ইন্দু— কবোকলৈ নঙ ওাংভিত্নু করিনো লাইশোল্লো।

কবো — ঐ লাই শোলোই লাই হুংশিদে। লাই লৈরগবু ঐবু করিগী দ্বীপ পুবী মীকোইনা লব্রাইদা পিন থিংজহল্লিবনো ? লাইনা করিগী খামত্রিবনো, মাবু হাৎত্রি করিগীনো ? ঐগীদি ইমা, ইপা, ইচিন, ইনাও লৈতে, য়ুম ইখোল লৈতে। ঐগী কৈস্নু লৈতে ঐগীনে লৈরীবা হায়ববু ইনে ইন্দু, ইমাসি হুমিৎলৈমা, ইপা রাম্বসিনা লোইরে। ইনে ঈশিং খৌরাংঙে ঈশিং থিত্তা পীথকউবা।

ইন্দু— সে সে ঈশিং হায়দো লৈরে থকওসে ইনে ইনগেকো।

কবো— ইনে নঙনা ওসি পীথকপা ঈশিংসে হাওখ্রেদকো। রাম্বু। মাবু।

রাম্ব — লৈনে ইচে করি হায়গে ?

কবো— লাওনে সিদা ঐ নঙোন্দা করি করি খর শিনরমগে তৌবনে।

রাম্বু— করি শিন্নরমদৌরিবা ?

কাবো— নচে লাইরবীনবু করি লৈগদগে ? ঐগী তরং উপুসে থাংথরকউ। নংগীদি ইমাসি লৈরিদো পাবুং অজ্ঞা লৈদো। লৌ-শিং পৈথে লৈদনা নঙগীদি অন্নাৎপা ১তা লৈতে হায়বা ইনে ইন্দূদি লুখ্রাবীনিদো লাইরৈ নংভি মচাম্নু মুপা ১ থক্তুনি নোংমা নোংমগী তান্দূনা চাজবনি। ঐগীদমক্তা মপুম থীৎনা ব্লাজরক্লবী ইনেনি। উপু মন্নুং অহুদা পোষ্ট অফিসকী পাস বুক ১ য়াওবনি নোমিনী হায়ব্রা অহুম্নু ইনেগী মিং হাপ্পনি স্নাগী লীক মরী মচা ১গা খুদোপ ১গম্নু য়াওবনি। মহুম্নু ইনেদা পীরো ঘরীগা কলমগা নঙগী ওইরো। কলমহু অক্ষবনি। ইবা য়াম নুংঙাইবনি।

লৈমা— কবোকলৈ। নঙনা ঙসি তৌরিবসিবু করি মতৌনোনে ইবেম্মা।

ইন্দূ— ইনেগী ইবেম্মা লাইরবী, লাইবক থীবী করি মতৌনোনে ? ইনেবু করম লৈহৌরসিগেনে।

কবো -- ইমাসি। ইনে, রাম্বু ঐ য়াররোই শিরনি ইশাদা ফাওরে। রাম্বু নঙনা ঐগী শোরাৎ শোলহৌগদবনি। ঐগী কনামতা লৈজদে। ঐ হায়গে তাউকো শোরাৎ চাউনা শোনগন্নু। পাবুংগী শোরাৎম্নু ইমাগী শোর্রাৎম্নু অমতা চাউনা শোনখিদে। লাইগী শোয়দনবত্তা মকৎখি। অহুনা ঐগীম্নু মথোয়গা মান্ননা শোনবীয়ু। শোনবদি রাম্বু নঙনা শোনগদবনিকো। পাবুং অজ্ঞাদি ?

লৈমা— নঙ পাবুং অজ্ঞাদি মনিপুরদা লৈতেনে। আ বোম্বেরোমদা মন্ত্রী ময়ামগী মিটীং অমা লৈ হায়তুনা লেঙখি।

কাবো— অহুদি পাবুং অজ্ঞাদা অমুক্তং খুরুমজগে হায়বসিদি ফংদবা তারেদনা। পাবুং অজ্ঞা উত্রেদনা। ইহে অকাউবা অমা লৈরিনা। তরুং অহুদা শেল পুখিবগী দেলিন ১ য়াওবমনি। জিরিদা লৈবী ললোনবী শেল য়াম্না পায়বীদো মমিংস্থ কাউথোকখ্রেনে। ডিবোং খুনৌদগী হোংলগা কালীনগবদা য়ুম চাউনা শারগা লৈবনি। মমিংদি দেলিন্দূদা য়াওরমগনি। মঙোন্দা লুপা লীশিং ২ লৈবনি। মহুগী লোথোক লৌশিন নঙনা তৌবিরোকো। লীশিং ১ না শোবাৎবানি লীশিং ১না ফিরোইগীনি। নঙ কাউনিকো রাম্বু। (শিংবম-দাইগী নাহেবা, কোয়না কোয়না য়েঙকপা।)

লৈমা— ঐসিদা লৈয়ে।

কবো— পাবুং অজ্ঞাদা কবোকলৈনা খুরুমজরম্মী হায়না থর তম্বী-য়ুকো। ইমাসি।

লৈমা— কবোকলৈ (কপপা)। নঙনা ঙসি তৌরিসিবু করিনোনে কবোকলৈ।

ইন্দূ— ইনেগী ইবেম্মা কবোকলৈ করি মতৌনোনে নঙনা ঙসি তৌরম্মীসিবো কবোকলৈ নঙ ইনেবু হুজেক্লমহুনা চৎপবকো কবোকলৈ ননেনা লাইরবী লুখ্রাবী ওইরম্বনা ননীং থুংখি-ত্রেদকো। খ্বাইগী ভামোক ওইহুনা নপুন্সী লোইরবকো। পেনখিত্রেদকো নীংঙমখিত্রেদা মুংঙাইবা হায়বদো নঙগীনি

নসরুক থুংখিদ্রবনিকো। বিধিনা তমলকপদা য়াওবক-
খিদ্রবা। হো : কবোকলৈ।।।

লৈমা— ইবেম্মা কবোকলৈ। নঙদি ঐখোয় খাইবু থাদোকল্লম-
দ্রুনা চৎলবকো। নঙ ইমাসিবু ৱারেগনুকো কবোকলৈ।।।

রাম্বু— তাচাউবা, ইচে কবোকলৈনা হন্দক শিখিবসে ওনখোকনা
মুংঙাইখিদ্রেদা। ওনখোরা নীংঙমদ্রেদা। ইচেদা ওৎ-
পিখিবা মখোয়দে মুংঙাইবদি য়ারোইকো।।

চাউবা—ইবুংঙো।

(২০)

( মন্ত্রী যুমগী ফমকম কা। মন্ত্রী. তুমিৎলৈমা, বাম্বু অমসুং থাবল্লৈমা মখোয় মবী ফমদুনা ৱাবী শারি )

রাম্বু— পাবুংগা ইমাগা ৱা অমতা খন্নসি হায়দুনা ঐনা কৌজবনি;

মন্ত্রী— করি ৱা খন্নগদৌরিবনোনে ?

রাম্বু— লৈখিদ্রবা ইচে কবোকলৈগী মবমদা।

থাবল্লৈমা- নহালমুক ছুটি থোরকপদদি ছায়বা ইচে কবোকলৈনা
ঐবু কয়াম লুনা তৌই। হন্দক্তি মা লৈরমদবসি কয়াম
মুংঙাইতে ঐ।

তুমিৎ—নঙ পাবুং ঙসিফাও হিংলিবসে কবোকলৈগী মপান্দগীনি।
নচে কবোকলৈদো পু-পাং শুনা য়োক্লক্লবগী হোনবা
ৱাঙাং শাঙাংদা থর কনবগী ৱাতনি। ঐদি লাইতিম্নরুত্রা

করিনো ওম্বোক্লা মুংশিজক্রে। মাগী শোরাৎকাদি মুংঙাইখ্রে। চাউখ্রে নঙ পাবুংখোয় ঐখোয়গী শোরাৎ অঙ্কুক চাউনা শোল্লনি হায়বা থাজদে। মতুদা য়াওহৌ-দবদি থারৈমদনি।

থাবল্লৈ—ফিরোইদা য়াওদৌরিসিদি। ফিরোই চাউনা শোনসিকো য়াম্মুংকো। ইচে কবোকলৈদো য়াম মুংশি হায়বা ঐবু মানা লুনা তৌয়ে মনাওদ মনাওদৌনা।

রাম্মু— থাবল্লৈমা ঐনা ঙসি পাবুংগী মফমদা হঙ্গংকদৌরিবসি ফিরোইগী রাফম নত্তে। ইভোপ তোপ্পা রাফম অমগীনি নঙস্থ ভাবদা শোয়দনা পামগনি থল্লি।

থাবল্লৈ—অদো হায়রোদনা তারসি।

রাম্মু— ইচে কবোকলৈ ঐখোয়দা লৈরমক্রবদি পাম্মুং থরায় কনবা ঐখোয়না ঙম্লমদবা য়াই।

মন্ত্রী— নঙনা হায়বা য়াম্মা চুম্মী। মামক লৈরনক্রবদি ঐ নহালনা শিখ্রগদবনি ছিংঙরোইদবনি। ঙসি নখোয়না ঐক্লেন্দা পাবুং হায়না কৌবা ফংলিবসে কবোকলৈগী মপান্দগী ফংলিবনি। অতুনা নখোয়নে মাবু থক কাউ-রোইদবনিকো। মাগী তৌবিমল করিনা শিংশিগে থল্লিবনি ঐস্থ।

রাম্মু - পাবুংনা হৌদোকপিরকপা তান য়াম্মা চারে। ঐনা ঙসি পাবুংদা হৌদোকচগে থন্নগে তৌরম্বস্থ ইচে কবোকলৈদা তৌবীমল থরা উৎসি হায়বগী রাফম্নি;

মন্ত্রী— মাগীদমক করি তৌসিগে হায়বদো ঐখোয় খন্নবা তারেদনা। রাম্ব, নওমক্তি নচেগীদমক করি তৌবা পামবগে নওগী মোৎ অমতং তাসিদনা।

রাম্ব,— ঐনা পামজবা অমথক্তংদি লৈয়ে। মহু ইমা পাবুং অনীনা য়াবিদ্রগদি ঐ ইতোমতনা পাওথোকপস্থ ওই-থোক্লোই। ইমা পাবুংতস্থ নক্তে ইচন থাবল্লৈগীস্থ অচৌবা থৌদাং য়াওরি।

থাবল্লৈ - য়াম্বুংনা লৈ তৌসি হায়বদা ঐনা য়াদবা তৌরোই। য়াম্বুংনা পাম্বদো মথং মথং হায়থবিরকও। মহু তারগা ময়াম খন্ননবা।

মুমিৎ—নচিন নপ্‌বানা সিনা কৈ য়ারে হায়বদো ইমানা য়াদবা লৈরোই নপাবুংস্থ অহল ওইশিল্লক্লেদো ঐস্থ অহল হায়বদো ওইরে। নখোয় অনীনা স্থম তৌসি সিনা ফনি হায়বদো নপাবুংদা হেক হঙ্গৎলু। নচেদো ইমাদি য়াম মুংশিজৈ মাগী তৌবিমল লমন য়াম তোল্লি। হন্দক মপোকসিমগী শিংবা ওন্মরোইদবনি।

রাম্বু— ইমাস্থ পাবুংস্থ থাবলৈমাস্থ তাবিয়ু। ঐদি খনবা কুইরবনি হায়দোক্তবতনি। ঐনা পাম্বদি ইচেগী মিংদা হায়বদি "কবোকলৈ মেমোরিয়েল হোম" হায়না হোম অমা লিংখৎপা পাম্মী। হোম অহুগী ফাউন্দরনা হায়বদি হোম অহু কৎলিবা মীশক্লা পাবুংনা ওইবীবা। মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাং, কনা হন্না য়েংবদা মমিদগী হেন্না

উত্রবা অহল মতম ওইরবা মী কয়াসু লৈজসনু। ঐনা হায়জরিবা রাকমসে পাবুং অমুক্তং খন্থবিয়ু।

মন্ত্রী— নঙনা হায়রিবা রাকমদো নচে কবোকলৈগীদমক চপ চাবা ঐখোয়না তৌগদবমক্কি। হোম অত্থবুদি লিংখৎলগে অত্থদা নচিন নৌপাতনা হোম অত্থু চালাইবা ওমগদরা ওম্মোইদরা অসিনি।

রাম্বু— অত্থগীদি ইমাগা পাবুংগা লৈরিবসিদি।

মন্ত্রী— ঐখোয়বুদি লৈনে হয়েং তুংগী রানিনে।

রাম্বু— পাবুং মী অমনা থবক অমা পাংথোক্কে হায়না চপ য়ুংনা নীংথ্রবদি অনীংবা অত্থগী মতুং ইন্না হোৎনখ্রবদি ওম্মোইদবা লৈতে পাবুং। পাবুংনা মন্ত্রী ওইরিঙৈ পরাব খর পায়রিঙৈ অসিদা লম অত্থু পীথোপীরম্মো। অফবা থবক অমা পঙথোকপদা য়েৎকদবা মীসু পংলৈ লৈরোই-দা পাবুং। ঐদি হোম অমা লিংখৎনবা লাংখৎলক্লিবা কুইরে। ইচে কবোকলৈগী মমানা লৈরম্বা অমাদ শিখিবা খুল রাঙ হায়বত্থু চৎতুনা য়েংলুববান। মকম চাবা ফজবা লমদি য়াম্না লৈ অত্থদা লম্বী থোং ফত্তে, লমসু লাপ্পী চথোক চৎশিন্দা খুদোং কয়া চাদে। লায়র অনংদি সুকঙম ওম্মোইদবা মাল্লি। মকমত্থগী রা থাদোকচরে পাবুং। ইম্ফাল মফুং অকোয়বা ইম্ফাল মনাক নক্না লৈবা খুল অয়াম্বা য়েংজরে। খোঙহাই খুৎহাইফম

ফবা লায়য় অনংনা লায়না য়োবা ওমগদবা চীকত্নু চীকপা মফম অমদি খনজরে।

মন্ত্রী— কদায়দা ?

রাম্বু— লাঙ্গোল চীংগী নোংচুপ থংবা মায়াক ইরোইশেম্বগী এগ্রিকলচর কলেজগা থংনবা লঙ্গোন চীংগী চীংমায় মথা ওনবা মফমছুনি। মহুবু পাবুংনা ফংনবা হোৎনবিরব দি হোম অসি থুনা শাগৎপা য়ানি।

মন্ত্রী— লমহুবুদি ঐনা ফংনবা শোয়দনা হোৎনরগে। ঐস্তু হুন্দক্কী টার্ম স লোইরগদি অমুক হন্না মীরেপ্প য়াওগে খল্লে।

রাম্বু— মীরেপ্প য়াওব্রবদি ফরে। নচানা পামজরিবস্তু মহুনি। রাজনীতি শাস্ত্রবা হায়বসে ঐদি কয়া পামজদে. কৈ তোংবগুম্বনি। পাম্বুংস্তু ইচে কবোকলৈ লৈরমদ্রগদি নোংমৈ গুলিদা চৎলমগদবনি।

মন্ত্রী— চুম্মী শেল চাবা হায়বসে মীনা হুংশিদে। মতম অমদা ঐ শেল চারম্মী। মহু ঐনা চাগে হায়হুনা চাবা নত্তে। মখোয়না পু পুহুনা লাক্লগা পীববনি। ঐস্তু মীওইবনিনা শেল মশক উববহুদা অপাম্বা অমদি মিহৌবনা মাঙওই-নখিহুনা লৌখিবনি। অহুবু কবোকলৈনা পরং অমদি তম্বীরম্লে। রাজনীতি থাদোক্লবা তুংদদি রাজনীতি শাস্ত্ররিডৈদা তৌখিবা পাপময়ামদো অহুগী প্রায়শ্চিৎ ওইনা নমাগা ঐগা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লাই নীংহুনা লৈরুরগে হায়না খল্লি। অহুদা নচিন নৌপাগী কর্ম্ম লোইদবা অসিদা।

মুংগিং— ঐস্তু বৃন্দাবন্দা লাই নীংহুনা লৈবা হায়বদো পাম্মী। রাম্বুগা থাবল্লৈমাগা লুহোংবিরম্মবত নখোয় নখোয়গী

অরেপ্পা লৌরী য়ুম্ফম অমা খঙজরবদি য়ারে হায়বা। মাই পাবুংসু রাজনীতি তোক্লনি পোৎথরনি হায়রেদনা। নখোয় অনী রাজনীতি তৌগে হায়না থক খনগন্নু কো। নঙ পাবুংগী হাক্তক্তা ঐ খিরবমি খিরবা।

থাবল্লৈ—য়াম্বুংসু ঐসু রাজনীতি তৌরোই হায়না রাশকত্রবনে ইমা। য়াম্বুংনা শিংথংসে হায়রিবা ইচে কবোকলৈগী মেমোরিয়েল হোম অসিদা ডাক্তর ওইদুনা অনাবা ময়াম লায়েংদুনা লৈগদৌরিবনে।

রাম্বু— থাবল্লৈনানা হায়রিবা পুম্নমক অচুম্বা ডাক্তনি থাঙ্গৎশেংনসু থোক্লগদৌরিবনি। পাবুংদা ঐনা হায়জগদবা খরা রাৎলি।

মন্ত্রী— করি রাৎলিবগেনে?

রাম্বু— পাবুংগী, ইমাগী, ঐগী অমদি থাবল্লৈমগী মিংদা লৈরিবা লৌ, ইঙ্খোল, বেঙ্কতা লৈরিবা একাওন্ট, ইনস্যুরেন্স, দোকান, গাড়ী পুম্নমক হোমগী মিংদা লোইনা ওনশিল্লসি। অদুগা মদুগা হায়বদি হোমগী শিন লাঙবা মেনেজ-মেন্টনা থাবল্লৈমাগা ঐগানা তৌরগে। ঐখোয়গী মিংদা লৈবগুম্বনি, অদ্মানি।

মন্ত্রী— নঙনা হায়বা পুম্বা ইপানা য়াদবা লৈতে য়ারে। অদুগা নমানে ঐনে বৃন্দাবন্দা বাস তৌদুনা লৈরুগে হায়বদুনা কমদোবা।

রাম্বু— পাবুংনা লৌবিবা লৌবিদবগী রাক্রমদি খঙজদ্রে। ঐনা হায়জরিবা হোম অসি শিংথংপা তারবদি মমিং 'কবোকলৈ মেমোরিয়েল হোম" হায়না থোনবসু ঐখোয় লোইনমক্লা য়ানরে। ফাওন্দরনা পাবুং তারে। অদুনা ফাওন্দর নত্রগা পোত্রানেজ বাই অদুদা পাবুংগী মিং

থারসি। হোম হায়বসিনা ইংরেজী রাজ্যনি, ময়াংলোন্দনা আশ্রম হায়নৈ। আশ্রম অসিগী মচি অমদা য়ুম অচা অমা শারগা লৈবিয়ু। মীগী মীরমদা বৃন্দাবন্দা চৎতুনা লাই নীংবস্থু লাইনীংবা, আশ্রমগী মচি অমদা ভুমিন্না ফমদুনা লাই নীংবস্থু নীংবা অমহানি। য়ারবদি ইমা পাবুং অনীমক আশ্রমদুনা লেঙদনা লৈবীয়ু লাই নীংবিয়ু অদুম তৌরবদি নচা অনীনা পাবুংখোয়গী সেবা তৌজবস্থু ফংজগনি। মীবৈরাক্তা লৈথ্রবদি ফংগরোই।

ভুমিৎ— মাই প্যাবুং, রাম্বুনা হায়রিবা অসিনা কৈনে। বৃন্দবন্দা বাস তৌদুনা লৈবা ভাযবদো পামদি পান্মী অদুদা শিবক নারক্লবদি থাগ্লবনিনা কৌনবা নংঙোইনে। শিরমদাইদা ইচা অনীমক উবা ফংলোই হায়বা।

মন্ত্রী— অদুবুদি চুম্মীনে।

থাবৈমে—অদুদি পাবুংগা ইমাগা হোমদা লৈবা তারে। ইহান হানবা মিং চনগদবসি ইমাগা পাবুংগা তারেনে।

রাম্বু— থাবৈমেমা নঙগী ফাগিদু তৌরকখিনু হায়বা। ঐ রা লোইখিগে।

থা[redacted]—ফাগি নত্তেয়ে য়াম্বুং। অওইবনে তৌগদবা ভুংদা থোক্ল-গদবা অচুম্বদো হায়বনে।

রাম্বু— পাবুংনবু য়ারবদি হোমদো শানবা থৌরাং তৌজরগে।

মন্ত্রী— হৌববুদি য়ারবনি অদুদা লমদুগী এলোটমেন্টকী মতাংদু রেভেনিয়ুগী মিনিস্টারগা অমুক্তা উনখিগেন্দনা।

রাম্বু— পাবুংনা উনগদবা মন্ত্রীদো উনবিয়ো। লম থুনা ফংবা য়ানবা পাবুংনা থরা কন্না হোৎনবিয়ো। ইচে কবোকলৈগী ফিরোই ভুমিৎতা যাত্রা ভুনহৌরসি।

মন্ত্রী— ফরে ফরে।

ভুমিৎ— নপা নচা রা ভাঙনবা লোইরবা নত্রাও?

রাম্বু— পাবুং ইচে কবোকলৈগীদমক "কলোকলৈ মেমোরি
হোম" য়াবিরে। সিদগী হেন্না নুংঙাইবা অমমুক লৈতে

থাবল্লে—ঐখোয় লোইনা য়ারসিবু। অমুক।

মন্ত্রী— অদুদা রাম্বু অমদি ইল্লাৎ ল্লাৎলিনে। ঐনা নীংবা ল
লৈরিনে।

রাম্বু— পাবুংনা নীংলিবদু ভাকপীরোদনা কৰিনো হায়বা।

মন্ত্রী— কবোলৈগী সেক্রিফাইস অসে অপুক্কা। মতৌক চা
অদুনা ঐনা পাম্বদি, ইচম চম্না হোম অমা শা
হোম অদুগী মগুণ থর ল্লাৎকনি। অদুদা মূর্ত্তি
নুংঙৌনা শারগা আশ্রমগী মযায়মক্তদা থিনবা প
অদুওইরবদি হোম মপুং ফারগনি যেংবদা নুংঙাইবা।
ঐগী সজেসন অসিবু নঙ য়ানীংদবরাও? নচেগী
নঙ ঐনা হন্দক্কী মপোক্তা শিংবা ওস্মরোইদবনি।

রাম্বু— করিগী য়ানীংঙোইদগে পাবুং। পাবুংনা তৌ...
সজেসন্দু য়াম্না সাউন্দ ওইবা ফথ্ বা সজেনস্লি...
লমনবুদি ঐখোয়না মতৌক চানা শিংবা ওইনা...

নুমিৎ—(মখোল থোক্লা তেংথাদুনা) হে কবোক...
পাবুং অজ্ঞাদো অমুক্কা খুৰুমজগে হায়বদো ফ...
হৌজিক্কি নঙ পাবুং অজ্ঞানা নঙগী মূর্ত্তি অমা
নুমিৎ খুদিংগী য়েংদুনা লৈগনি হায়রিনে কাং...
নঙ... মতম পুম্নমক্তা ঐগীদি কনাম্ভু লৈজদে,
ইংখোল লৈজদে, ইমুম লৈজদে হায়বদো
নঙগী থৌরী ইংখোলদা। ঐখোয় ময়াম তাংদুং
দোরে।। পুন্য চেনবী ইবেম্মা। নঙভ ঙসিফাও
বদিকো পেনখিদ্রেদকো পেনখিদ্রেদা।





# অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

১। মুজা ফিদম ( পুন্সী ৱারী ) — ১৯৫৭

২। লৈমরোল ( অখোম্বা ৱারী ) — ১৯৫৮

৩। খোর্জেইগী মঙান ( লৈরেং ) — ১৯৮৩

৪। পলেম লৈপাকলৈমা ( ৱারী মচা ) — ১৯৮৪

৫। লাংলেন থাদোই ( মমি কুমহৈ ) — ১৯৮৪

৬। লোইজীং লোইয়া শৈরেংলৈ ( শৈরেং ) — ১৯৮৪

৭। থিংঙেল লাইজা ঈরাওখোল ( শৈরেং ) — ১৯৮৪

৮। ইমা থুৱাকপীগী নোঙ্গাংহৈদোংপু(ৱারীমচা মচা) — ১৯৯০

৯। মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো ( লীলা ) — ১৯৯০

১০। অরোকী মঙলান ( লীলা ) — ১৯৯০

১১। হাওইকো হৈখা হাওইকো হৈয়েন ( লীলা ) — ১৯৯০

১২। মহালক্ষ্মীগী থৃৎপায়শেল ( লীলা ) — ১৯৯০

১৩। কবোক ওইখরবী কবোকলৈ ( লীলা ) — ১৯৯০

১৪। মুরা য়াইথিং-কোম্ন ( লীলা ) — ১৯৯০

১৫। ইংখোল মচেৎ অমতংগী ( লীলা ) প্রেস্ট লৈরি

১৬। লৈরোল ( শৈরেং ) ,, ,,